# জ্ঞান পুষ্প

(স্বতন্ত্র অধ্যাত্মিক রচনা সম্ভাৰ)



শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ

# জ্ঞান-পুষ্প

(স্বতন্ত্র অধ্যাত্ম রচনা মণ্ডা)

শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ

( মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মতেংন ফোঙজব )

অফোঙব— শ্রীএম, নিংথেমজাও সিংহ



ইং কুমজা— ১৯৭৭

কোপী মশীং— ১০০০

মমল— লুপা ৪'০০



নম্ফমঙ্কু এম, গৌরো সিংহ প্রিন্টিং ৱার্ক্স, ককচিং বাজার।

# বাহৈ অমতং

"জ্ঞান পুষ্প" লাইরিক মচা অসি অধ্যাত্মিকী ওইব স্বতন্ত্র রচনা মঙাদংন শাবনি। "ধর্মগী মিৎয়েংদ হৌজিকী সমাজ" ৱারেং অসি, মনিপুর গীতা মণ্ডলন শিন্দুন মণিপুর বৈষ্ণব ধর্ম সম্মেলন তাং ১৪, ১৫, ১৬ এপ্রিল ১৯৭৬ তা শ্রীশ্রীকালিমাইগী মাণ্ডপত পাঙথোকখিব মতুদ পাথোকখিবনি। "গান্ধি অমসুং ধর্ম" মসিন তাং ৪. ৫, ৬ দিসেম্বর ১৯৬৯ ইংদ গান্ধি সেন্টিনারীগী ককচিংদ মেলাগা লোইনন তৌখিব সেমিনারদ পাথোকখি "অচুম্বগী দর্শন" মসিগী পেজ মরিদি আরোগ্য চেফোঙদ ১৯৭১ দ ফোঙখরে। "ভক্তিগী কান্নব" ৱারেং অসি ইউনির্ভসিটীগী মণিপুরী ছাত্র খরগী দিমান্দগী ইখিবনি। "চণ্ডিগী ৱারী" অসি দুর্গা সপ্তসতীদ শীংথারিব দেবীগী মান্ন শুপচিল্লব ৱারী অমনি। লাইরিক মচা অসিন পাঠকশিংগী অধ্যাত্মিকী কলচরদ খরদং ওইরবসু তেংবাং ওইরুব মসিমতং পরমেশ্বরদগী লেখক্লু নিজরি।

লাইরিক অসি মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মতেংদগী ফোঙজবনি। মতুগীদমক্ত কলা একাডেমীবু ধন্যবাদ তৌজরি।

শ্রীএম, নিংথেমজাও সিংহ।

# জ্ঞান-পুষ্প

# জ্ঞান পুষ্প

ওঁ পরমাত্মনে নমঃ ॥

*ওম্কারং বিন্দুসংযুক্তং*
*নিত্যং ধ্যায়ন্তি যোগিনঃ।*
*কামদং মোক্ষদং চৈব*
*ওম্কারায় নমো নমঃ ॥*

বিন্দুগ লোইনরিব ওম্কার, য়োগীশিংন তত্তনধ্যান্‌বু তৌরিব; পুক্লিংগী অপাম্ব অমসুং মোক্ষবু পীনবীব, অদুগুম্ব ওম্কারবু ঐন হন্না-হন্না খুরুম্‌জরি।

## ধর্মগী মিৎয়েংদ হৌজিক্কী সমাজ

হৌজিক্কী সমাজ অসি ধর্মগী মিৎয়েংদ য়েংব তারবদি জ্ঞান মাংত্রব, লমঙাওনরব মীগুম ওন্না-তৈনরি। অমসুং হিরম পুন্নমক্ত মাইকৈ খুদিংদ খুদোং থিনক্তম অমদি কিনিঙাই ঙাক্ত ওইরি।

পঞ্চবতী লৈকোলগী হৈরাং-লৈরাংগী ফজবগী নুঙাইবদ তাওদুনা শান্নরিবৈদ শ্রীরামচন্দ্রগী জানকী সিতা মাঙখিবগুম বিষয় মঙাগী লৈকোল, পঞ্চবতীগী মশক ওইরব সংসারগী বন অসিদ শুঙ্গত্তুনা ভোগ বিলাসত লূপলিবৈদ "নুঙাইবা" সিতা শান্তি" হায়বদু মাঙখ্রব ঙসিগী সমাজনি।

## অধ্যাত্মিক য়াওদ্রব সভ্যতা

লঙজান আকাসত ৱাংনা পাইদুনস্থ মাগী পুক্লিং ৱাখলদি ৱাংখৎপ খক ঙমদে। অনেম্ব লৈমায়দ খোংবান লুক্লাংদ তাব অমোৎপ শাশি-ঙাশি, অপুম-অশা, নমথি-হানৈত থিদুনা লৈবগুম; অত্তাংব মপোক মীওইব হায়ব মুর্ত্তি অদু ফংদুনা মপালথোংদ সভ্যতাগী মচু তৈশিল্লবস্থ, ঙসিগী সমাজ অমোৎপ পূক্লিংনা অনেম্ব লৈমায়-নপ্প অপুম অশাদ লুপত্তুনা লৈরি। সমাজগী সভ্যতা পূম্ববু হিমায় চুমগদোব ধর্ম অমস্তুং অধ্যাত্মিকী নোংরেল য়াওদবনা, উতোং অহোবদ ঈশিং শোকপগুম্ব তৌরি। অমস্তুং পুন্সিগী পান্দম অমদি পন্থুং অমম্বদ মানরি।

মমল য়ামলব মীন ফংনঙমদব মনি পরেং ওইরবস্থ জানকী সিতান পীব লিক্লাং অদু হনুমান্ন চিকখায়রগ য়েংবদদি শ্রীরাম য়াওরমদবনা থদত্তুনা হুন্দোকখিবগুম; চাওখৎলে ফজরে হায়রিব ঙসিগী সমাজ অসি ধর্মগী মিৎয়েংদদি অর্থ লৈত্রি অমস্তুং হরাওনিঙাই ওইদ্রি। ৱাইখুন মখুল হুৎপমখৈ

চুৎসগ মুংপাক্ত থেংঙুরবদি হন্দোরকই। অদুগুম্ম মতম কয়া চংন নামৎ মাংন শেমগৎ শাগৎলক্লিব ঙসিগী সভ্যতা অসি এটোম অমস্থং হায়ড্রোজেন বমগী মুংপাক্ত থেঙ্গাইদুন উৎ ওন্দুন লৈখা তাখিব য়ান লৈরি। মরমদি অধ্যাত্মিক অমস্থং ধর্মদ য়ুমফম ওইরগ শাগৎখিব সভ্যতা নত্তে।

যনশেন্নহাশিংন মুংথিল মুমিৎচুপ্প যন শেন্নবদ মথৌচিন্ন অরাব খাংলুই। তৌইগুম্বস্থং মুমিৎচুপ্প মশীং থীদুন শেন্নরিব যনশিং অদু মুমিদাংরাইরম কারকপদদি মাগীনি হায়-দুন যন অমত্তম্থ ময়ুমদ পুশিল্লক্তে। মতৌ অদুগুম্ন ঙসিগী সমাজ অসিন থৌ-চিন্ন অমস্থং রান শেমগৎ শাগৎলিব খোম-জিন তাশিল্লিব পুম্নমক অসি আত্মাগী ওইব অশেংব লল অমত্ত য়াওদ্রি।

## ধর্ম য়াওদ্রব শিক্ষা

ঐখোয়ন হায়নৈ লৌশিংন পাঙ্গলনি। (Knowledge is power) লৌশিংন ধর্মনি (Knowledge is virtue) অদুগ ভারতকী বেদান্ত দর্শন্ন রাখলগী অরোইবদ লেপলি মদুদি জ্ঞানমকন আনন্দনি। লৌশিংন মুংঙাইবনি।(Knowledge is-bliss)

হৌজিক ঐখোয়ন য়েংশি— অদুগুম্ব জ্ঞান অদু ঙসিগী শিক্ষা কংলব educated men শিং অসিদ লৈরব্র? শক্তি

হায়ব পোৎ অদু ফংলব্র ? মখোয় ধর্ম চেনব মী ওইরব্র ? অমসুং আনন্দ, মুঙাইব হায়বদু ফংলব্র ? হৌজিকমক ঐখোয় পুমনমকন উরিব ৱাফমনি ; ঙসিগী লাইরিক লাইশু হৈরবনি হায়রন লৌনরিব শিক্ষা ফংলবশিং অসি তশেংবমক মখোয়দ শক্তি (power) সু লৈতে। ধর্মসু চেন্দে। অদুগ মুঙাইব ফংব মীসু থক ওইদে। হেম্নদুম হায়রিব গুনশিং অসিদগী য়ামন লাপথোকখি। মরম অসিন চুমলব অমসুং চেন্নব য়াদ্রব ৱানি মদুদি শিক্ষাগী অশেংব অর্থ অদু ঙসিগী সমাজদ পীরিব মতস্বী (শিক্ষা) অসিদ য়াওদ্রে।

লিনবু শঙ্গোম পীথক্লগ হুতমক হেনগৎপগুম হৌজিক্কী শিক্ষা অসিদগী ফংলকপ জ্ঞান ফত্ত-লৌশিং অদুন মীবু মীন ওৎপদ সমাজবু নৈবদ অমসুং শেঙ্গা থুমজা করপসন্দ শিজিন্নরি। 'Educate men without religion you make them but clever devils" (Willington)

(ধর্ম য়াওদন মীশিংদ মহৈ তম্বীরবদি নংন মখোয়বু সুপ্নগী হৈশিংলব ভূৎ প্রেত শেম্ব নত্তন অতৈ করিসু নত্তে)

লাইরিক হৈতবশিংন সমাজগী অমাঙব ওইহনবদগী শিক্ষা ফংলবশিংন তৌরকপ অমাঙবন সমাজ অসিদ শরুক চাম হেল্লি। মরমদি ধর্মন হিনাও শাদ্রব শিক্ষা অদু খুদোংথিব অমসুং মাঙ ননবগী মশকনি। "Education without religion is not worth the name" শিবানন্দন হায়—"ধর্ম য়াওদ্রব শিক্ষাদি শিক্ষা মহৈ কৌবদ মতিক চাদে"। মরম অসিন শ্রীরামকৃষ্ণন

হৌজিকী শিক্ষা অসি তমলোইদবগী দক্ষিনেশ্বরগী মন্দিরদ চেন্দুন লৈখি। ময়াম্বন মাবু হন্ন হন্ন ফারগ লাইরিক তমহন্নব স্কুলদ পুরকখি। অসুম্ন অহুমলক শুব মাবু দক্ষিনেশ্বর মন্দির-দগী ফাব লাকপদ মান ময়াম্বদ হায়খি - Brother ! what shall I do this bread winning education. চরা তানব ফাওবদং ঙস্ব শিক্ষা অসিন কৈদৌনগদগে ? য়ামবুং।

গধা ময়াম পরেং শান লাকপদ লম্বীদ করিগুম্ব ব্রানচিংব শম্বল ওইন ফৈদুন লৈবদু অহানব মাঙ থারিব গধা অদুন চোংলগ চৎলি। চৈ অদু লৌথোকখ্রবসু মাং থংবশিংন চোংখি হায়দুন তুং থংবশিং অদুন লাকপদ সুন্দ অমুক অমুক মপা অদু য়ৌরকপদ মথং মথং চোংলমলগ চৎলি হায়নব লৈ। মতৌ অদুগুম্ন বৃটিশন পাল্লিবৈদ মখোয়গী চৈরাকী মখাদ তম-হল্লম্ব অদুগুম্ব শিক্ষা অদু ঙসিসু অদুম চৎথরি।

ভস্মাসুর কৌব হিংচাব অম লৈরম্মী। মদুদ মহাদেবন পীরুব বর অদুমকন মহাদেববু মাঙহন্নব হোৎনখি। অমসুং মমৈদ ভস্মাসুর মশামক্কী মাঙজনবসু ওইখি। পাত্র অমসুং পীরিব শিক্ষা অদুন ধর্মগ লোইনব ওইত্ৰবদি ভস্মাসুরন্যায় গুম্ন সমাজ অমদি শিক্ষা ফংলুরিব মশামক্কী মাংননব ওইনরি। মসিদ করিসু ঙঙনিঙাই থক লৈতে। কোরিগী পাত্রদ হাপ্ল হৈ মহীন হু ওনবগুম্ ধর্ম য়াওদ্রব সমাজ পাত্র অসিদ হাপ্ল পোৎ পুমনমক হু ওনগনি। আকাসতগী তারকপ নোংগী ঈশিং অসি তরু তরুব অশেংব ওইদুনসু পায়খানাদ তাব ঈশিংদি কনানসু

থকনদে। অদুগুমন জ্ঞান হায়ব অসি দোষ অমত্ত পকত্রব অশেংব পবিত্র বস্তু ওইরবসু লমচৎ শাজৎ চুমদব ধর্ম য়াওদব মতিক চাদব মীদ লৈরুরবদি শিজিন্নব য়াদে মীওইবগী মাঙনব ওই। "মকোক্ত মনি পুদুনস্থ লিনবু কিদব য়াওবর? শাস্ত্রন তাক্লি 'বিদ্যা বিবাদায় ধনং মদায় শক্তিঃ পরেষাং পরিপীদনায়" ধর্ম অমস্থং সদাচার লৈত্রব মীগী বিদ্যা অদু খৎন-চৈন ৱাথোকনবগী-দমক্তনি। ধন অদু অচাওরম কাদুন নাপলগীদমক্তনি। শক্তি অদু অতোপ্পবু ওৎতুন অৱাব পীনবগীদমক্তনি।

মরম অসিন ধর্ম অমস্থং অধ্যাত্মিকী লমচৎ শেমদুন মতিক চাবপাত্র অমমম হায় ওইহন্দন বিদ্যাশিং অসিগী শিক্ষা পীরুবন ঙসি ঐশ্বোর্য়গী সমাজ অসিন অমোৎপ অশান্তিগী কোমদ লুপলি। স্বামী শিবানন্দন হায়খিব লৈ – Man ueeds now no more degree but character, no more study but wisdom. মীওইবন হৌজিক লমচৎ নত্তুন ডিগ্রি দরকার ওইদে। জ্ঞান (আত্মজ্ঞান) নত্তুন নৈননিঙাই করিস্থ দরকার লৈতে।

"Education without character, Science without humanity and Commerce without morality, are useless and dengerous'

লমচৎ য়াওদব শিক্ষা মীওইতৌ য়াওদব বিজ্ঞান অমস্থং ধর্ম য়াওদব ললোন ইতিক (কমর্স) দি কান্নব লৈত্রব অমস্থং খুদোং থিনবগী মশকনি।

(সত্য শাই বাবা)

# কামগী কোমদ পুথরব সমাজ

**Sensual pleasure is momentary deceptive, illusory and imaginary........ Enjoyment cannot bring about satisfaction of a desire. On the contrary it makes the mind more restless after enjoyment through inteuce craving.**

ইন্দ্রিশিংগী মুঙাইবদি মিকুপ্তংগীনি মীনম্বনি মায়ানি অমস্তুং ভাবন শাব কল্পনামি। ভোগদগী করিগুম্বদস্তু অপাম্ববু পেলহনব ঙমলোই। মদুগী মহুত্ত ভোগকী মতুংদ হেন্ন মৈচাক কনব অপাম্বন পুক্নিং অদুবু পোথাহন্দব ওইহল্লি।

কঠোপনিষত্ত শ্রেয় অমস্তুং প্রেয় হায়ব লম্বী অনি শীংথাব্রি। শ্রেয়ন য়াইফব মঙ্গল অমস্তুং কান্নব লম্বীনি। অদুগ প্রেয়ন হরাও তয়ামথোকপ অমস্তুং মুঙাইথোকপগী লম্বীনি। প্রেয়গী লম্বীদ চত্তূন হরাও তয়ামথোকপগী পুন্সি অসি, লাইহৌ কম হৌরিব মীন মৈ তিকপদ য়াম্ন মুঙাইব ওইদুনস্তু তুংদ অক্ষব ফল থক ওইরক্তবগুম; মমৈদ মাঙনব ওই। অনাব মীন হিদাক হাওতব অথাব চাব, অমদি চরাহেনবনচিংব লাইয়্নেং চৎথব, অহানবদ অৱাব·মুঙাইতবগুম ওইদুনস্তু তুংদদি য়াইফব ওইরকই। মতৌ অদুগুম শ্রেয়গী লম্বীদ চৎপসি অহানবদ মুঙাই-তবগুম উরবস্তু মমৈদ য়াইফব অমস্তুং চাওখৎপ ওইরকই। মরম অসিন অফব পোৎন অমনি অদুগ হরাও মুঙাইথোকপগীন

অতোপ্পনি হায়নৈ। The good is one thing and the pleasant is another.

ঙসিগী সমাজ অসি অশিংবশিংন পামনভ্রব অদুগুম্ব 'প্রেয়' কৌব লম্বী অদুদ চৎতুন কামগী সাগরদ ইন্নারুরে। 'কামাতুরাণাং ন ভয়ং ন লজ্জা" কামগী স্থুরা থকপগী ময়াইন ইকাইবস্থু লৈত্রে অদুগ অকিবস্থু খঙদ্রে। অনৌব ঋষিশিংন মসি ফাওব হায়রি মদুদি— 'This world is drown in sex" মখোয়ন ফি মতৎ শেৎতুন অমদি মচু কয়া তৈশিন্দুন হকচাংগী অঙ্গশিং উৎননব হোৎনরি অমস্থুং অমোৎপ অকাম্ব পূকনিং অদু উথোকতুন ইকায়ব খঙদন কামগী প্রচার তৌনরি। কামগী মাইহিং হায়-গৎলব মায়থোংশিং অদুবু ফজবনি হায়ন লৌনরি।

"বিনাশকালে বিপরিত বুদ্ধি" মাঙলমদায়গী মতমদ রাখল ওম্ন তৈনন খলহল্লি। ওম্ন তৈনন উহল্লি। আত্মাগী রহস্য ফোংদোকপ আত্মাবু বিকাস তৌহনব ভক্তি মুক্তি জ্ঞান অমস্থুং শান্তি পীননবগী মশক ওইব শাস্ত্র অমস্থুং আপ্ত মহাপুরুষ-শিংগী বাক্যশিংবুদি মখোয়ন থাগৎপ অমদি নৈনবগী মহুত্ত নোকনরি। অদুগ সিনেমা ড্রামা যাত্রারালি অমদি উপন্যাসন-চিংবদ য়াওরিব অরাইব, অকাম্ব অমোৎপ রারেম রাহোংশিং অদুবুদি পোইন্ট লৈ হায়দুন তকশি শোন্দুন থাগৎনরি।

কোমন অমস্থুং মুঙাইথোকন হিংব অসি শা ঙানচিংব জীবশিংগী মহুত্ত মীন মুল্লে। হঙ্গোইনরব পায়খানাদ লৈব তিলশিংন মদুদগী হেম মুঙাইব লৈত্রবনি, মখোয়ন মহেল্লবনি

থনবগুম হরাও তয়ামথোকপগী পুন্সি অসিন মহেন্নে হায়ন কামীশিংন নাপল তৌজরি। মীওইবন হন্দোরকপ অমোংপ অদু হুইশিংনদি য়াম্ন পাম্ন চায়। ধর্মাত্মা অমদি অধ্যাত্মবাদী ওইব ঋষি যোগীশিং মহাত্মাশিংন হঙ্গোইদুন হুন্দোক্লমলব কামনাময় ওইব পুন্সি অদু ঙসিগী সমাজ অসিন হুইগুম্ন য়াম্ন পাম্ন চানরি।

ঐথোয়ন মতম পুম্বদ থঙগদবনি অপাম্ব কাম হায়বসি ধর্মগীত নত্তুন মীওইব সমাজগী তুম্ন মাংহনব ঙম্ব য়েক্লবনি। গ্রীক রোম্নচিংব কাম হায়ব হিংচাব অসিন য়েংবদ তুমথিবনি।

অর্জুনন হংখি :—

অথ কেন প্রযুক্তোয়ং পাপম্ চরতি পুরুষঃ।
অনিচ্ছন্নপি বার্ষ্ণেয় বলাদিব নিয়োজিত। ( গীতা ৩/৩৬ )

হে বার্ষ্ণেয়! মীওইবন তৌনিংদ্রবস্থু (ফত্তে হায়ব থংলবস্থু) নমদুন পাপ্পু তৌহল্লিব মদু কনানো ?

শ্রীকৃষ্ণন খুমখি : -

কাম এষ ক্রোধ এষ রজোগুণ সমুদ্ভবঃ।
মহাশনো মহাপাপ্মা বিদ্ধ্যেনমিহ বৈরিণম ॥ (৩/৩৭)

মদু কামনি, মদু ক্রোধনি, রজোগুন্দগী পোকপনি। পুম্নমকপু মাংহনব ঙম্ব, পাপ পুম্নমকী তুংনফমনি. থংউ মসি সংসার অসিদ অচোব য়েক্লবনি।

বৈরাগ্য ডিমডিমাদ হায়রি :—

কাম ক্রোধশ্চ লোভশ্চ দেহে তিষ্ঠন্তি তস্করাঃ
জ্ঞান রত্নৌ পহারায় তস্মাজ্জাগ্রত জাগ্রত ॥

কাম ক্রোধ অমসুং লোভ কৌব হুরানব অহুমখক হকচাং অসিগী মসুংদ জ্ঞান কৌব মনি অসিবু হুগদবগী লুমন্থন তাঞ্জা। ডাইডুন লৈরিবনি। মরম অসিন মিকপ থোকউ, তুমগনো তুমগনো।

ঋষিকেশকী স্বামী শিবানন্দ সরস্বতীন মাগী আনন্দ কুটিরদগী মীওইব জাতি অপুন্নগী মথক্ত খোঞ্জেল অসি লাউথরকখিঃ— "God b came man, man will become God again. God plus desire is man, man minus desire is God. ঈশ্বরন মী ওইরকখি মীন অমুক ঈশ্বর ওইগদবনি। ঈশ্বরদ অপাম্ব তিনশিল্লগ মী ওই। মীদগী অপাম্ব খায়দোক্লগ ঈশ্বর ওই।

## চিঙ্গাক অমসুং শেলদ থৱাই থারব সমাজ

অশিংবশিংন হায়রম্বদি "ধর্ম বিশ্বস্য জগত প্রতিস্থা" ধর্মন বিশ্ব জগতকী য়ুমকমনি। হৌজিকী সমাজন চৎলিবন "অর্থ বিশ্বস্য জগত প্রতিস্থা" শেল-থুমদ জগত অসি লিংবনি। সমাজ অসিগী থৱাই হকচাং পুম্নমক চিঙ্গাক অমসুং শেলদ নপ্তুন লৈখ্রে। ধর্মবুদি নিঙশিংদ্রে। মখোয়ন হায়—"চিঙ্গাক য়াওদন ধর্ম তানব য়াদে, শেল য়াওদন লাইনীংব য়াদে" মসি মখোয়গী খুংলোইরব চিন্দ পকপ সিদ্ধান্তনি। বেদান্তগী মিৎয়েংদ য়েংব তারবদি, ঙসিগী সমাজ অসি অন্নময় কোষত হিংলি মাগী চাওখৎলক্কদব অমদি অধ্যাত্মিক বিকাস লাক্কদব প্রানময়কোষ, মনোময়কোষ, বিজ্ঞানময়কোষ অমসুং আনন্দময়কোষ থাক ৫গী মনুংদ অহানবগী অমত্তুদ নৈদ্রুন লৈরি। থাংঙবু লম মাপল শাংব মচিন মৈ মুদ্রি হায়ব য়াই।

চাদন হিংব য়াদে। শেল য়াওদন ধর্ম তানব য়াদে অচুম্বনি, লৌকিক অমদি ব্যবহারিক ওইবদ। অঙাং ফাওবন থঙই। অদুগ চারগদি থক শিদ্রব্র? শেল লৈরবশিংতন ধর্ম তৌরব্র? চাকথুং ফিথুংলবশিংন অধ্যাত্মিকী লম্বীদ চৎত্রিব করিগীনো? হংলবদি খুম্বীনীঙাই লৈতে। ইনাক খুনবগী লাইদি ফুরিৎ থাওদ হাপ্পী; লাইরবগীন থম্মোইদ হাপ্পী হায়ব পাওরৌস্থ লৈরি।

"অর্থস্য পুরুষো দাস, ধর্মস্য মুলম্ অর্থ" পাওরৌ অসি চৎনরিব সমাজদ চুমদবদি নত্ত্রি। তৌইগুম্বসুং **Man cannot**

live by bread alone" মীওইব চাক্তন হিংব য়ারোই, হায়ব যীশুগী ৱাহৈ অসিস্থ থক লানবদি য়ারোই।

ঙসিগী সমাজন নীংশিংগদবনি মতুদি ঐখোয়গী উপনিষদন লাওরিব—"ন বিত্তেন তর্পনীয় মনুষ্য" মীওইব লম্ন থক পেনব য়ারোই।

বৃহদারন্যক উপনিষদতা মৈত্রেয়ন যাজ্ঞবল্ক্যদ হংখি 'হি য়াইন লৈতেংলব পৃথিবী অপুন্নসি ফংলবদি. ঐহাক "অমর" শিদব ফংলগদ্রা? যাজ্ঞবল্ক্যন খুমখি 'লল্দগী তয়ামথোক্ত পুন্সি লেনবদি য়াগনি" মতম অসদ জ্ঞানগী অরোইব থাক পামলক্লবী মৈত্রেয়ন হায়খি "য়েনাহং নামৃতা স্যাম্ কিমহম্ তেন কুর্য্যাম্॥" মতুন ঐঙোন্দ অমর 'শিদব' পীব ঙমদব ঐন মতু কৈদৌনগনি।

সমুদ্রসি ঈশিং ঙাক্তনি, মাইকৈ পুম্নমক্ত ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তনি। জহাজ অমদি হি চৎপশিংন সমুদ্রগী ঈশিংদা চৎলবস্থ খোয়াংলক্লবদ থকপ য়াব ঈশিংদি সমুদ্রগী ঈশিংদ ফংদে। থুমহি ঙাক্তনি য়াকই থাই। মতৌ অদুগুম্ন মী হোঙলে মীন সমুদ্র ওইরে। সরকার য়াওন অঙাং পোকপ থিংননবগী থোয়াং কয়া পায়খৎলবদস্থ মী মরক্ত অশেংব মীদি ঙসিস্থ য়াম্ন তাংলি।

হিংবদ চংদব য়াদব পোৎকী মমল লাম্ব ফংদন ৱাংখৎনখ্রে। লৈঙাকপশিংন নেমথনব পাম্বে কয়া থিদুন হোৎনদুনস্থ মাই পাক্তি,, মরমদি মীগী মমল হোংমনবন। মসিগী মাই পাক্লব

পাম্বৈ অমথক্তং লৈ। শাই বাবান হায়খি— Rise the value of man and the value of everything else will come down. ধর্ম অমসুং অধ্যাত্মিকী গুণ হাপ্তুন মীওইবগী মমল হায়গৎহল্লু অতৈ পুন্নমক্কী মমল মথন্ত নেমথজরকনি।

শুন্য অদু কয়ামরুমস্থ লৈজসনু; অম হাথব মশীঙ অদু ইক হৌদ্রিবমখৈ করিস্থ value (মমল) লৈতে। অদুগুম্ন চাল্লিব শেল, শেমগৎ শাগৎলিব য়ুম-কৈ, খোমজিল্লিব লল-থুম পুন্নমক ধর্মবু য়াওদ্রবদ করিস্থ অর্থ লৈতে। মরম অসিন মথঙব অশিংবশিংন পুরুষার্থ মরিগী মমুংদ :— ধর্ম, অর্থ কাম, মোক্ষ হায়দুন ধর্মবু অহানবদ থমলল্লিব অসিনি। ভগবান যীশুন হায়খি— Seek ye first the kingdom of God and his righteousness and all these things shall be added unto you" অহানবদ নংন ঈশ্বরগী ধর্ম হায় থিখো। অদুগ অতৈ পুন্নমক নঙোন্দ মথন্ত লাকচগনি। অহানবদ ঈশ্বর মথংদ জগৎ অকোনবদ ঐ।"

ঐখোয়গী শাস্ত্রনস্থ বাফম অসি কয় অমস্তুং তরং তরংন পীরি।

অর্থসিদ্ধি পরামিচ্ছন ধর্মমেবাদি তশ্চরেৎ।
নহি ধর্মাদ পৈত্যর্থ স্বর্গলোকাদিবামৃতম্॥
(৪৮ বিদুরনীতি)

কনাগুম্বন ললবু য়াম্ন পাম্লবদি ধর্মতবু অহানবদ চংক: দবনি। স্বর্গদগী অমৃতন খক লাপথোক্তবগুম ধর্মদগী ললন খক লাপথোক্তে।

## ধর্ম য়াওদ্রব সমাজ

অহার নিদ্রা ভয়মৈথুনাদি সমানন্যমেতৎ পশুর্ভিনর'ণাম।
ধর্মো হি তেষামধিকো বিশেষো ধর্মেন হীন পশুভিঃসমানা॥

চাব, তুম্ব, কিব স্ত্রীসম্ভোগ মী অমসুং শা ভাদ চপ মান্নে। মখোয় অসিদগী ধর্মতন মীওইববু থোইদোকহল্লি। ধর্মবু য়াওদ্রবদি মীওইবসু শা ভাগ চপ মান্নে।

ধর্মন লমজিংব্রব সমাজ অদুথুম য়াওদ্রব য়েঙ্গাংগুম্বনি। লৈকংদ থাঙ্গৎলব ভাগুম্বনি অমসুং মঙক য়াওদ্রব লাম্মীগুম্বনি। মৈদগী মৈশা উন্দগী অয়িংব খক থাইদোকপ য়াদে। মৈদগী মৈশা উন্দগী অয়িংব হেক থাইদোকপদ উন অমসুং মৈ ওইদ্রে। মতৌ অদুগুম্ব ভারতীয় সমাজদগী ধর্ম হেক থায়দোকপদ লৈনম য়াওদ্রব লৈরাং অমসুং ঈশিং য়াওদ্রব তুরেলগুম ঐখোয়গী সমাজ অসিগী অর্থ শুকলৈমক লৈত্রে। মেডাম এনিবেসেণ্টন হায়খি:— ভারতগী ধর্ম হেক লোথোকপদ ভারত লৈত্রে।

স্বর (vowel) ময়েক য়াওদন খোস্থোক অমত্তসু থোকপ য়াদবগুম মহাত্মা গান্ধিজীন হায়খি:— No man can live without religion. ধর্ম য়াওদন মী অমত্তসু অহিংব ওইব য়ারোই।

মতৌ অসুম্ন যুগ পুরুষ স্বামী বিবেকানন্দন হায়রম্মী :—
**Take religion from human society and what will remain? Nothing but a forest of brute.**
মীওইব সমাজদগী ধর্ম লৌথোকখ্রো অদুগ করি লৈমহৌই?
তমথিরব শাশিংগী জঙ্গল নত্তন করিসু লৈমহৌদে।

ধর্মেন হীন পশুভিঃ সমানা।
ধর্মবু য়াওদ্রবদি মীওইবসু শাগ থক থেম্মদে।

## সমাজ সুদ্ধার

অনেম্ব মাইকৈত্তদ চেম্মবন ঈশিংগী স্বভাব ওইবগুম সমাজগী স্বভাবসু অনেম্ব অমোৎপ মাইকৈত্তদ চেম্মে। ঐখোয়্নন নিংথিন মাই তাথোক্লগ চৎথোকপদ ভাইহাক লৈরগ অভৌব রুমাল অমন তকথোকপদ অমোৎপ থরদি মরৈরম্মী। ঈশিং শোকপদ হায়দোক্লম্ব পুখ্রিগী কণ্ডন ইকুই কুইদন অমুক হেক্ত কুপশিল্লকপগুম্ যুগ যুগ কয়ারক্ত মহাপুরুষশিংন হয় হয় শেংদোকখ্রবসু মোৎপন হৌনশা ওইবন সমাজ অসি অমুক হেক্ত মোৎলকই। মরম অসিন তোয়্নন কেংদ্রবদি কোলম লংদবগুম সমাজ অসিবু লংন থমশি হায়রবদি তোয়্নন তোয়্নন শেংদোক্তব য়াদে।

পোলিটিস্থানশিংনসু সমাজ অসিবু শেংদোক্তুন শান্তি শীরব থক ওমলোই। থায়নগী অমনব কৌশিং ওদি অদৌব

মমিংদ চোংথোরকপতনি। "Old wine in a new bottle" হায়নরি। Politics হায়বসি শক্তি শাম্নবগী বিদ্যা Science of power নি। পোলিটিশ্যান হায়বদু কদায়নো? প্রোফেসর অমন থূমখি "A politician is one who creates a problem and then tries to solve it" রাজনীতিজ্ঞ অম হায়বদি মহাক অদুন রাথোক সমস্যাশিং শেম্ব অদুগ অমুক মদু তাইশিন্নবা হোৎনব অদুনি। মাগী শক্তি পরার ফংননব হোৎনবদ; থৌনাইদব মী অমন লম্বীদ থোক্লাদং পোৎ অম হৈদোক্লগ খুন্দুন শান্নবগুম; কান্নব শুকফং ফংদন সমাজ অসিবু অরেম্বদ মতম মাংন থবক শুহল্লিব কাংবু অদু রাজনীতি শাম্নবশিংনি।

কোনখৎলিব হুইগী মরৈবু তিংহন্দুন অশুম থম্ব অরায়ব নত্তবগুম সমাজবু শেংহন্দুন থম্বস্থ অরায়ব নত্তে। মশান মশাবু শেমজব নত্তন মীন শেম্বীব ঙাইব অশিংবগী থবক নত্তে। মরম অসিন ঐ, ঐ হান্ন অফব অশেংব ওইদন সমাজবু শেংদোকপ ম্যারোই— Reform yourself f.rst then society will reform itself. নহাক্ত হান্ন শেংদোকখো সমাজদি মৎন্ত শেংদোরকনি।

ঐবু ঐন ফননব শেংদোক্নব হোৎনবদ মীচং খোম্ব অমত্তুং মা ঙাইবগী দরকার লৈতে। অদুগ মশীং ম্যান্নগ ঙাক্ত থবক ঙম্ব নত্তে। "এক চন্দ্রস্তমো হন্তি ন চ তারাগণৈরপি" খা

অমত্তুন অহিংগী অমম্ব কোকহল্লি থৱান্মিচাক্ক মশীং ম্লাম্লবস্তু থক ডানব ডমদে।

লৈশেমগৈদগী যুগ পুম্নমক্ত ধর্ম অধর্মগী য়েৎনব লাম্বেংনব অসি অদুম লাকই। ধর্মন লুমলগ সমাজ অদু শান্তি অমস্তুং নুঙাই য়াইফব ওই। অস্তুম্ন অধর্মন লুমলগ অশান্তি অমস্তুং অৱাব ওই। অধর্মন য়াম্ন হেক্তিল্লক্ত্রুন নুপী অঙাং ষণ. ব্রাহ্মণনচিংব চম্ন অমদি চুম্ন হিংজবদ অকায়ব পীড়ুন ওৎ নৈবন থাংবদ ডম্নরক্ত্রুব অদুগুম্ব লৈখৈ অম থেংলক্লব মতম অদুদ গীতাগী অধ্যায় মরিগী শ্লোক ৭ অমস্তুং ৮দ ফোংদোক্লিব ভগবানগী ৱাশক্কী মতুং ইন্ন যুগ-পুরুষ অম শোইদন চোংথোর-ক্ত্রুন সমাজ অদুদ ধর্মগী পান্থী লিংলগনি:—

যদা যদাহি ধর্মস্য গ্লানিভর্বতি ভারত।
অভ্যুত্থানমধর্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম॥ (৪ গী ৭)
পরিত্রানায় সাধুনাং বিনাশায়চ দুস্কৃতাম।
ধর্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে॥ (৪ গী ৮)

মতম মতম অদুদ ধর্মন মৱায় চাইথরক্লব ধর্ম অদুবু উথাপন তৌননবগীদমক্ত মতম অদুদ ঐন ঐবু শেমজৈ। সাধুশিংবু কম্লনব ফত্তবশিংবু মাংহম্লনব অমদি ধর্মবু সংস্থাপন তৌননবগী-দমক্ত ঐন যুগ যুগ অদুদ লাংওল্লি।

ধর্ম এব হতো হন্তি ধর্ম রক্ষতি রক্ষিতঃ।
তসস্মাৎ ধর্মো ন হন্তব্যো মানো ধর্মো হতো বধীত॥
ধারণাদ ধর্ম ইত্যাহু ধর্মো ধারয়তে প্রজাঃ।
মহাঃ কর্ণঃ (৬৯/৫৮)

# অচুম্বগী দর্শন

সত্যমেব জয়তি নানৃতম্
সত্যেন পন্থা বিততো দেবয়ানঃ।
যেনাক্রমন্ত্যৃষয়ো হ্যাপ্তকামা
যত্রতত সত্যস্য পরমম্ নিধানম্॥
(মুণ্ডক উপনিষদ ৩/১/৬)

(অচুম্বতন জয় ওই। অরানবন থক ওইদে; মরমদি দেবয়ান হায়ব লম্বী অসি অচুম্বতন মপুং ফান শেম্বনি। মসিদ অপাম্ব নৈত্রব পুম্নমক; মপুং ফারব ঋষি খিবিক্ল চৎখি অমসুং সত্যস্বরূপ পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী অথোয়ব ধাম অদুবু ফংনখি।)

পরমাত্মা সত্যস্বরূপনি। মরম অসিন মাবু ফংননবগীদমক্ত মীওইবন অচুম্ব চৎকদবনি। ঈশ্বর ফংননবগীদমক্ত অচুম্ব থাদোকপ য়াদন দরকার ওইব পাম্বেনি। লক্ষ ওইরিব ধ্যেয় মশামক অদু সত্যনি। সংসার অসিদসু থবক খুদিংমক অচুম্বতন মমৈদ জয় ওই। অরানব (ঋৎ)ন থক ওইব ঙমদে। কনাগুম্বন মিনম্ব ৱাঙাং নমথাক লৌনম অমসুং ওইদব শিজিন্নদুন চাওখৎপ ফংননব আশা তৌই। মমৈথংদ মহাক্ল তমথিব মওংদ নীংব শোয়দন কায়রকই অমসুং তেংথারকই। মিনম্ব

ঙাঙব অমস্পুং অরানব লমচৎশিংদস্থ অচুম্বগী মচেৎ ওইব মমিদি খক তাদব নত্তে। মরম অদুননি কনাগুম্বশিংন মদুবু করিগুম্ব শরুক খরদ অচুম্ব ওইরবোইন লৌনরিব। মদুদগী করিগুম্ব কুইদব মতম, মিকুপ খরদংগী ওইব কান্নবগুম্ব খর ফংব য়াই। তৌইগুম্বস্পুং মদুগী মহৈ (পরিনাম্) অফব খক ওইরক্তে। মমৈদ অচুম্বদি অচুম্ব ওইন লৈহৌগনি অদুগ মীনম্ব অরানবন অরানব অদুম ওইহৌগনি। মরম অদুন লৌশিং লৈব মীশিংন অচুম্ব ঙাংব, সদাচারবু লৌশিল্লি অমস্পুং মীনম্ব অরানববু থাদোকই। মরমদি মখোয়গী ভোগ-বাসনা মাংখরে। অসিগুম্ব পূর্ণকাম ঋষিশিংন লম্বী অসিদ চত্তুন হল্লক্ত্রব মফম অদু য়ৌখি। অদুগুম্ব মফম অদুদদি অচুম্বগী তুংনফম পরব্রহ্ম পরমাত্মান লেংদন লৈরিব পরম ধাম অদুবু দেবালয় মার্গ হায়বদি পরম দেব পরমাত্মাবু ফংননবগী সাধনরূপ লম্বী কৌই। লম্বী অসি অচুম্বতন মপূং ফাবনি। মদুদ চুমদব ঙাঙব লৌনম্ব চৎপ মীনম-শোরি তৌবশিংন খোংফম অম য়ৌন খক চংব ঙম্ব মফম নত্তে।

পুম্নমকপু য়োকপীরিব অচুম্ব কৌব পরমেশ্বরগী মায়খোংদি মিৎন য়েংব ঙমদব, থক্কৎলব সুর্য্য মণ্ডলগী মুমিৎকুপ্প মশেক মঙালন লংখৎলব ফিজংগী ফিরোলন খুমজিল্লি। হে পরমেশ্বর! কুপশিল্লিব ফিজং অদু হাংদোকপিয়ু অশেংব অচুম্ব সত্য কৌব নংগী নশক উজগে।

হিরন্ময়েন পাত্রেন সত্যস্যাপিহিতং মুখম্।
তত্ত্বং পুষন্নপাবৃনু সত্য ধর্মায় দৃষ্টয়ে॥ (ঈশাঃ উঃ-১৫)

## অচুম্ব করিনো ?

মতম পুম্নমক্ত মফম পুম্নমক্ত অমাং-অতা লৈতন অরেপ্প অমদি নিত্য ওইন লৈববু সত্য (truth) অচুম্ব কৌই। ভারতীয় দর্শনগী ৱায়েন্দ "অভাবরহিত" লৈতব লৈতববু হায়বদি চুমদব, লৈতব, ওইদব, হায়ব দোষশিং অসি শুকলৈ লৈতব অমদি শুকয়াও য়াওদব অদুবু 'সত্য" অচুম্ব কৌই।

দর্শন (ন্যায়)গী মিৎয়েংদ লৈতব পোৎ অভাব হায়বসি মখল মরি শুই। মদুদি প্রাগভাবঃ প্রধংসাভাব অন্যোন্যাভাব অমসুং অত্যন্তাভাব অসিনি।

### ১। প্রাগভাব

পোৎ অদুন পোক্তিংলৈগী মমাংদ লৈরমদব শঙ্গোম শুমদ্রিলৈগী মমাংদ শঙ্গোম অফম্ব লৈরমদে। মীওইব পোক্তিংলৈগী মমাংদ লৈরমদে। মতো অসুম্ন পোকপ অমদি পোক্তিংলৈগী মমাংদ লৈরমদব কাংলুপ অসিগী মমুং চনব "অভাব" মখল অসিবু "প্রাগভাব" কৌই।

### ২। প্রধ্বংসাভাব

করিগুম্ব পোৎ অম মশক মওং কায়খ্রব অমদি মাংখ্রব মতমদ লৈতব; খুদমদি মৈ থাদোকখ্রব মতমদ শীং লৈত্রে, শিরব মতুংদ মী অদু লৈত্রে। মতো অসুম্ন মাঙব নায়ব, মাংখ্রব মতুংদ অমুক লৈত্রব কাংলুপ অসিগী মমুং চনব পোৎপু "প্রধংসাভাব" কৌই।

## ৩। অন্যোন্যাভাব

পোৎ অমগী মফমদ পোৎ অম লৈতব হায়বদি তোম্বদ চাওব লৈতে নত্রগ য়াওদে। অদুগ তোম্বন লৈরিব মফম অদু মক্তদ চাওব লৈতে। চাওব লৈরম্লবদি তোম্ব লৈরমলোই। অসুম্ন অমগী মফমদ অম লৈতব অসিগুম্ব মথলগী অভাব (লৈতব) অসিবু "অন্যোন্যাভাব" কৌই।

## ৪। অত্যন্তাভাব

মফম মতম পুম্নমক্ত শুক্লৈমক লৈতববু অত্যন্তাভাব কৌই। খুদম ওইন থেবগী মচি, আকাশকী থরো অখুংবীগী মচা মখোয় অসি মফম মতম পুম্নমক্ত থিবদ খক লৈতে।

মথক্কী লৈতব (অভাব) মথল মরি অসি অচুম্বগী মফমদ দোষনি। দোষ মরি অসি শুকয়াও য়াওদন শুক্লৈমক লৈতন মফম মতম পুম্নমক্ত অরেপ্প ওইন লেংদন, হোংদন লৈব অদু অচুম্ব সত্যনি।

## পোৎ মথল মরি

অতোপ্প মিৎয়েং অমরোমদ য়েংলগন সংসার অসিদ ঐখোয়ন পোৎ (বিষয় object) মথল মরিথক লৈব ওইন থেংনগনি। ১বদ, পোৎ অদু সুপ্নগী মমিংথক্ত লৈব খুদমদি— "বন্ধ্যাপুত্র" অখুংবীগী মচা, 'সসবিষন' থেবগী মচি, গগনারবিন্দ আকাসকী থম্বাল। অসুম্ন মমিংথক্ত লৈব বিষয় (object) মথল অসিবু "অসদ বস্তু" Non existent entity কৌই।

অনিশুবদ ; পোৎ অদু স্বপ্নগী মমিং অমস্থং মশক (মওং) অনি অসিথক্ত লৈব। মসিগী খুদমদি "রজ্জুসর্প" থৌরিদ লিল (ওইন) উব ; "শুক্তিকারজত" কোংগ্রেংদ লুপা (ওইন) উব ; মৃগতৃষ্ণা মরুভুমিদ ঈশিং (ওইন) উব। "গন্ধর্ব-নগর" লৈচিন্দ নগর উব "সপ্ন প্রপঞ্চ" মংগী দৃশ্য অমদি বিষয় অসিনচিংব মশক মমিংগত লৈব পোৎ অদুবু মিথ্যাবস্তু (unreal entity) কৌই।

অহুমশুবদ পোৎ অদু মমিংস্থ লৈব মশক মওংস্থ লৈব অমস্থং থবক ওইন শিজিন্নব নত্রগ চৎনবস্থ য়াব ; খুদমদি চফু (ঘট) ফি (পত) টেবল-চৌকিনচিংব পোংচাকশিং অসিনি। মখোয় অসিবু ব্যবহারিক বস্তু (empirical entity) কৌই।

মরিশুবদ পোৎ অদু মতম অহুম (ভুৎ-ভবিষদ বর্তমান) মক্ত অমস্থং মফম পুন্নমক্ত লেঙদন লৈব খুদমদি–আত্মা নত্রগ ব্রহ্ম। অসিদি মপুং ফান চুম্ব অয়স্থং অরৈব পোৎ (ultimately real) নি মসিবু পরমাথর্কি বস্তু (supreme substance) কৌই।

পোৎ মখল মরি অসিগী মনুংদ অকোনবগী পোৎ অসি তবুনি দার্শনিকশিংন 'অচুম্ব' হায়ন লৌনরিব। অতৈ পুন্নমত্তি অচুম্ব নত্তে। অচুম্ববু ঈশ্বরনি হায়রিব অদু পরমার্থিক সত অসিতবু হায়বনি। অতৈ পুন্নমক্তি মিথ্যানি।

## অচুম্ব মথল অহুম

তশেংব লৈব নত্রগ অশেংব অচুম্ব হায়বসি পুথোক্লবগীদমক্ত বেদান্তন অচুম্ব মথল অহুম থোক্ল থায়দোকই। অহানবদ কাল্পনিক নত্রগ প্রাতিভাসিক সত্তা অনিশুবদ লৌকিক নত্রগ ব্যবহারিক সত্তা অমস্থং অহুমশুবদ বাস্তবিক নত্রগ পরমার্থিক সত্তা অসিনি।

## কাল্পনিক সত্তা

চৎনবদি য়াদব হায়বদি থবক ওইন পাংথোকপদি য়াদব স্বপ্নগী লৈব ওইনত উব। বাহৈন হায়বদি য়াব অশেংবদি ওইদব (That which truly is not but appear to be) অসিগুম্ব মথলগী কাংলুপ্ত চনব "লৈব" সত্তা অমদি অচুম্ব মথল অসিবু কাল্পনিক নত্রগ প্রাতিভাসিক (imaginary truth সত্তা কৌই। খুদমদি আকাসপু শংন উব অমদি মণ্ডদ উরিব পোৎশিং অসিনচিংব।

## ব্যবহারিক সত্তা

অতুগ পোৎ অতুন সংসারগী চৎনরোন্দদি শিজিন্নব য়াব ওইন লৈব অমস্থং তাইবংগী ওইন কান্নব অতুবু লৌকিক নত্রগ ব্যবহারিক সত্তা (empirical truth) কৌই খুদম ওইন জগৎকী ওইব মশক মওংগী পোৎ পুম্নমক অসি মসিগী মম্নুং চনবনি।

## বাস্তবিক সত্তা

মফম পুম্নমক্ত , মতম পুম্নমক্ত, পোৎ পুম্নমক্ত হায়বদি দেশ-কাল পাত্র পুম্নমক্ত লৈতব কৌবত লৈতব, পুম্নমক্ত রস অমত্ত ওইন, মওং অমত্ত ওইন. লৈব অদুবু বাস্তবিক নত্রগ পরমার্থিক সত্তা (Transcendental) কৌই। বাস্তবিক সত্তা অসিগী মনুংদ লৈরম্লব পোৎ অদু অচুম্বমক্তি (Truth) অমসুং Reality নি। ঈশ্বরনি। মসিগী মনুং চান্দব পুম্নমক্তি চুমদব অসত্য অমদি মিথ্যানি। অচুম্বদি অমত্তনি। অনিথক শুদে। মহাক মফম পুম্নমক্ত লৈগনি। মরম অদুন মহাক নত্তব করিগুম্ব পোৎ অমত্তসু লৈত্রবনি। হায়বগী অর্থদি হেক লৈরিব পুম্নমক অরৈব হায়ব মহাক অদু নত্তন অতোপ্প অতৈ করিসু থক নত্তে। মফম পুম্নমক্ত "লৈতব লৈতব" হায়বদি শিঙ্গুংন লৈব অদুগ মতম পুম্নমক্তসু লৈব। মান লৈখিদব মতম অমত্তসু লৈখিদ্রি। অদুগ মহাক নত্তন অতোপ্প অনিশুব পোৎ অমত্তসু লৈতে। হেক লৈরিব পুম্নমক মথস্তনি। অনিশুব অমত্ত লৈতে হায়রিব অদু করম্ব মিৎয়েংন অমদি বাখলগী টেক্লিকেলন লাম্ব ফংগদগে? বেদান্তন "অন্বয় ব্যতিরেক যুক্তি" হায়ব মেথদ অম পীরি মসিগী পাম্বৈন মফম পুম্নমক্ত শিঙ্গুংন লৈরিব অচুম্ব মাবু উব ঙমগনি।

### অন্বয় ব্যতিরেক যুক্তি

অস্তি ভাতি প্রিয়ম্ রূপম্ নামচেত্যংশ পঞ্চকম্।
আদ্যম্ ত্রয়ম্ ব্রহ্মরূপম্ জগৎদ্রূপম্ ততোদ্বয়ম্॥

অস্তি (লৈব Existence) ভাতি (মঙাল Manifestation) প্রিয়ম (পাম্নকম ওইব Lovability) রূপম্ (মশক মওং Form) নাম (মমিং (Name) হায়ব শরুক নক্রগ মগুন মঙা অসি ব্রহ্মাণ্ডদ হেক লৈরিব পোৎ পুম্নমক্ত মহৌশা ওইন লৈ। মথক্কী মঙা অসিগী মন্নুংদ অহানবগী অহুম অসিদি ব্রহ্মগী স্বরূপনি। অশেংব, অচুম্ব সৎনি। অকোনবগী অনি অসিদি জগৎকী মহৌশানি।

সংসারদ হেক লৈরিব পোৎ পুম্নমক অসিগী নাম-রূপ (শক অমস্তুং মিং) খায়দোকপ্রগ লেমহৌব অস্তি; ভাতি অমস্তুং প্রিয় হায়ব অহুম অদু ব্রহ্ম সত্যনি। মসিবু সৎ-চিৎ-আনন্দ হায়নশু কৌই। অদুগ সত্যম শিবম্ সুন্দরম্ হায়নস্থ কৌই। অস্তি ভাতি প্রিয় অহুম অসিদি লৈতব মফম অমস্তুং মতম লৈতে। মসিতনি অচুম্বদি। শক অমস্তুং মিংদি অরানব অমদি লৈতবনি। No entity নি। মরম অসিন শ্রীভগবান শঙ্করাচার্য্যন মাগী অদ্বৈত বেদান্তগী সিদ্ধান্ত পুম্নমক শুপ|চিল্লগ শ্লোক তংখায় অমথক্তদ পুম্নমক ফোংদোক্লুন উৎলি — ।

"ব্রহ্ম সত্যং জগন্মিথ্যা জীব ব্রহ্মৈব না-পর।

ব্রহ্ম সত্যনি জগৎ মিথ্যানি জীবগ ব্রহ্মগ অমত্তনি খেন্নদে।

## সত্যগী অর্থ

অচুম্ব সত্যম্ হায়বসি সংস্কৃত সৎ তি য়ম্ রাহৈ অহুম অসিন শেম্বনি, সৎ-অমৃত (শিদব মাংদব অমর) তি মৃত্য

(অশিব) অনি অসিবু লাকশিল্লিব অত্তুবু "য়ম্" কৌই।

(ছঃ উঃ ৮/৩/৫)

অচুম্ব বেদ পুম্নমক্কী মচিনি। অচুম্ব গুন পুম্নমক্কী মমানি। 'Truth is the eternal home of all beings' অচুম্ব জীব খিবিক্কী লেংদ্রব লৈনফম য়ুম সনাতন স্থান নি। ঈশ্বর জ্ঞান, অহিংসা, প্রেম, ব্রহ্মচার্য্য, আনন্দ শান্তি সংয়ম্ ত্যাগ তপস্যা, দান দয়া, অফব-ফজব, মখোয়শিং অসি অচুম্বগী তোঙান তোঙায় শন্দোকপ অমম্বুং ফোংদোকপ মশক মমিংশিং ওাক্কনি। "একম্ সৎ-বিপ্র বহুধা বদন্তি" অচুম্বদি অমত্তুনি। অত্তুবু অখংব অউবশিংন তোঙান তোঙানব মশক মমিংন শীংথানৈ। স্বামী শিবানন্দন ইরম্মী – "অচুম্বদি লৈ। চুমদবদি লৈতে। অত্তুন অচুম্ববু অমত্তুনি হায়ব ফাওব মপুং ফান চুম্ব নত্তে। মরমদি অচুম্বদি অরৈব মশামক্কি। অমম্ব নত্তে, অত্তুগ অম নত্তবশ্ব নত্তে। অচুম্বদি খায়দোকপ য়াদে ওমখৈ লৈতব মপুং ফাবনি।" Truth is; untruth is not. Hence, it is not absolutely correct even to say that, Truth is one. For truth is existence itself, and is neither one, nor not-one. Truth is undivided. Truth is infinite and Absolute.) (Bless Divine, P 495)

## অচুম্বদগী হেনব ধর্ম অমত্ত লৈতে

সত্যেন ধার্য্যতে জগৎ   সত্যেন তপতে রবি।
সত্যেন বাতি বায়ুশ্চ   সর্বম সত্যে প্রতিষ্ঠিতম্॥

অচুম্বন জগৎপু পুরি। অচুম্বন মুমিৎপু ঙাল্লি। অচুম্বগী য়াথংদ মুংশিৎন শিৎলি। অচুম্ব মথন্তদ জগৎ পুম্নমক হাপ্তুন পুরি।

"সত্যম্ ধর্ম সনাতনম্" অচুম্বদি সনাতন ধর্ম (eternal religion) নি। "সত্যনোৎপদতে ধর্ম" অচুম্বদগী ধর্ম পোক্লক-পনি। অচুম্বতন অথোইব বিশ্বজনিত ধর্ম (universal religion নি। "নাসৌ ধর্মো যত্র ন সত্যমস্তি" (মনু) সত্য য়াংদ্রব ধর্ম অদু ধর্ম নত্তে। অচুম্ব চৎলিব অদু অথোইব ধর্ম চৎলিবনি। ধর্মবু চৎলিব অদু অচুম্ব চৎলিবনি। অচুম্বতন জয় ওই "সত্যমেব জয়তে"। মরম অদুন ধর্ম লৈবতন জয় ওই। "যথা ধর্মস্তথা জয়।" অরানব অমসুং অধর্মন থক মাইপাকপ জয় ওইব ঙমদে। ঐখোয়গী শাস্ত্রন শেংন লাওরি :—

নহি সত্যাৎপরো ধর্মো নানৃতাৎ পাতকম্ পরম্।
নহি সত্যাৎপরং জ্ঞানম্ তস্মাৎ সত্যং সমাচরেৎ।

অচুম্বদগী হেনব ধর্ম অমত্তসু লৈতে। অরানবদগী হেনব পাপ অমত্তসু লৈতে। অচুম্বদগী হেনব জ্ঞান অমত্তসু লৈতে। মরম অসিন অচুম্ব চৎকদবনি।

# অচুম্ব ঈশ্বরনি

য়াহৈন ফোংদোকপ ঙম্ব ঈশ্বরগী মিংশিংগী মমুংদ খ্বাইদগী অপেনব অথোইব মিংদি সচ্চিদানন্দ নি। মসি "সৎ চিৎ-আনন্দ (অচুম্ব অখণ্ডব-মুঙাইব) হায়ব য়াহৈ অহুম অসিন শেন্ননি। মসিদ "অচুম্ব" সৎ ন অহানব অমস্তুং অথোইব মিংনি। অসিগুম্ব বহ্মগী শক্তম ফোংদোকপ "সত্যম্ জ্ঞানম্ অনন্তম্ ব্রহ্ম" (অচুম্ব-জ্ঞান-ঙমখৈ নৈতব ব্রহ্ম) মিং অসিদস্থ অচুম্বন ব্রহ্মগী অথোইব শক্তমনি। দার্শনিক প্লেটো (অফলাতুন) ন মাগী অরোইব য়াখন্দ ঈশ্বর সত্য নি হায়রম্মী। অচুম্বমক্ক ঈশ্বরনি। ঈশ্বরদি অচুম্বনি। ঈশ্বর থাজদব নাস্তিকশিংস্থ অচুম্ববুদি থাজদব ঙমদে। অচুম্বদগী হেন্ন মমল য়াম্ব করিস্থ নৈতে। অচুম্বগী মরমদ অফাওব Thinker ডিজরাইল ন হায়রম্মী। Time is precious but truth is more precious then time. (য়োগ বেদান্ত) মতমগী মমল য়াম্মী তৌইগুম্বস্থং মতমদগী হেন্ন মমল য়াম্বদি "অচুম্ব" তনি।

অচুম্ব য়াহৈন ফোংদোকপ ঙমদে। স্থপ্নগী অনুভবতন খঙব ঙম্মী। ঋষিশিংন হায়— "অচুম্বতন অচুম্ববু খংই। অতোপ্পন মাগী মতিক মগুন খঙব ঙমদে। অচুম্ব খঙব অদু অচুম্বমক ওই।" The Real alone know the Real None else can know it. To knows the Real is to be the Real.

(Realisation of the Absolnte P. 66)

সংসার অসিমক মক্ষম মতম মরম্ম ঙমথৈ নাইহুনব imited by space time and cousation) পরিবর্তনশীল মম্নং অনিত্যনি। মরম অসিন পূংচুম চুম্ব অমম্নং পূংলান নব করিম্ম লৈতে। There is nothing absolutely right absolutely wrong in this relative world.

[Mind its. P. 28

অচুম্বগী মনাক্ত অদুক্কী মতিক নকশিল্লিব মথৈ অদুক্কী তিক হেন্ন মুঙাইব ওই। অচুম্বগী মহোৌশা ওইব মশক রুপতি শক্তি, মপূং ফাব অমম্নং মুঙাইবনি।

## অচুম্বগী তেংঙান্নব ভাবলৌ

স্ফটিক মনিন মনাক্ত পুশিল্লক্লিব মচু অদুগী মচু ওইন হনবগুম অমত্ত ওইব অচুম্বসু মী অদুগী জ্ঞান, পুক্লিং রাখল ম্নবগী মতুং ইন্ন ভাবলৌ তোঙাম্নৈ। শিবানন্দন হায় "সংসারীক, াচারি অমম্নং অধ্যাত্মিক্কী মীশিংগী অচুম্বদ তোঙানব ভাব-ৗ লৈনৈ। সদাচারি Moralist শিংন অচুম্বগী মহৈ ফলদ কশিল্লি। মীনম্ব ঙাংন্নন মরাল লৈত্রব জীব কয়া কনব বদি মদু সদাচারিশিংগীদি অচুম্বমক্লি। মরমদি অরানব অদুন চোব অক্ষব পুরকই। অদুগ অচুম্ব অদু ঙাংলুবদগী মী কয়াগী াংব ওইব্রব মদু সদাচারি অমগী মফমদ অরানবনি। অদুগ ্যাত্মবাদীশিংদদি ব্রহ্মতন অচুম্বনি জগৎ অসি অরানবনি। liss Divine P. 495]

অচুম্ব চৎপন খ্বাইদগী চাওব ঈশ্বরগী পুজানি। সাধনানি, তপস্যানি। খ্বাইদগী চাওব ত্যাগনি। অথোইব য়োগনি। মী লাই অমসুং জীব পুম্বগী অমত্ত ঙাইরব সেবানি। পুম্নমক মাঙখিব য়াই। অচুম্বদি থক মাঙদে। অচুম্বন জীবগী অথোইব ললনি। মফম মতম-পুম্নমক্ত অকিব লৈত্রব থোৌনা অদু অচুম্বনি। Truth stands even when there is no publio support কনা অমত্তনসু মীচং চংত্রর ফাওবদ অচুম্বদি মথন্ত লেপ্পু ন লৈ।

## অচুম্বগী য়াথং

ঐখোয়গী শাস্ত্র, ঋষি, যোগী মহাত্মাশিংন মতম পূম্বদ লাওতুন লাকুই। অচুম্ব ঙাংউ। ধর্ম চংলু। "সত্যম্বদ" "ধর্মাচর"। সংসার অসি অনিত্যনি। পুম্নমক লেপ্পবনি। নরল নংন পুখিরোই। পুন্সি মতম খরতগীনি। হকচাং অসি শোয়দন মাঙত্রগদবনি। অকিব লৈতন অচুম্ব চংলস্মু। অচুম্ব ঙাংলস্মু। অচুম্ব খল্লস্মু। লেপ্পবশিং অসিগী য়েংতুন অরানব তৌরমগস্মু। অচুম্বগীদমক্ত শিখো মদুন নংগী হেম্ন চাওব পুন্সিনি। যীশু শুক্রাট, গান্ধিনচিংবন অচুম্বগীদমক্ত মশান মাঙজরগদব হকচাং থাদোক্তুন মাঙদব পুন্সি, ফংখি। অংগ্রেজি বিদ্বান অমন হায়খি — Better though deficult the right way to go, then wrong though easy whose end is

woe, অচুম্বগী লম্বী চৎপন খুদোংথিব অরুব ওইদুনস্থু অয়ানবগী অয়াইব লম্বীদগী হেন্ন কৈ; মরমদি মহুগী অয়োইবদ অয়াব কত্তব লৈবনি।

স্বামী বিবেকানন্দন হায়খি— "সংসার অপুম্বন নাকল নামদ লেপ্তুনা ঐগী মায়োক্কব ওইগ্রবস্থু অচুম্বদগী খোংকম অম ফাওব থক লেংলোইদবনি।

স্বামী শিবানন্দনস্থু অস্নুম্ন ইরি— "Never try to hide the bitter truth with a sweet lie. Be stright forward even if a sword is to pass through your heart; cling to the naked truth. If you try to save your "little" self by hiding a fact the "highest" self will never be reached Even if your throat is about to be cut; re- member that this sweet world of name and fame is only a shadow and that truth is Brah- man and nothing else.

(Essence of Vedanta P. 12)

"কৈদোংৈঙদস্থু অথাব অচুম্ববু অথুম্ব শিজিন্নহুন লোৎকে হোৎনগনু। থমোইদ থাংন থিন্দুন লেংব ভারক্লব কাওবদ পুকচেল তিংন অচুম্ব চৎলম্মু। অশেংব অচুম্ববু লোত্তুন নহাক্ত অপিকপ নংগী আত্মাবু লোৎনব হোৎনববদি অবাংব নংগী আত্মাবু করিগুম্বদস্থু ফংলয়োই। নংগী মঙক ককলমদায়

য়োৎরবুব ফাওবদ নিংশিংউ মতুদি শক অমসুং মিংগী ফজরব জগৎ [অসি স্বপ্নগী অদুগুম্ব অচুম্ব ব্রহ্ম অদুগী মমি, নত্তুন কন্নিম্ব নত্তে।"

ঋষি ভর্তৃহরিন শকখি –

নিন্দন্তু নীতিনিপুনা য়দিবা স্তবন্তু ;
লক্ষ্মী সমাবিশতু গচ্ছতুবা য়থেষ্টম্ ॥
অদ্যৈব মরনমস্তু যুগান্তরেবা।
ন্যায্যাৎপথঃ প্রবিচলন্তি পদং ন ধীরাঃ ॥

[নীতিশতক]

অথং অহৈশিংন চৈগে চৈনসনু, থাগৎকে থাগৎসনু। লাইবক্কী লক্ষ্মীন লাক্কে লাকচসনু নত্রগ চৎনিংলগ চৎখিসনু ; অশিবন ঙসিমক লাকচসনু নত্রগ চহী কয়াগী মতুংদ লাকসনু। তপথরব মুপা অদুতনদি অচুম্ব লম্বীদগী খোংফম অম লেংথোকলোই।

## অচুম্ব ফংবদ পুম্নমক ফংলে

মনা-মশাশিংদ ঈশিং চাইরুম্রবস্থ মরুদ চাইরগ পাম্বীগী মশা অপুম্ব অপেনব ওই অমসুং ফগৎ-তেখৎলকই। সংসার পুম্নমক্কী মনা-মশা ময়াম ঐখোয়ন কৈদৌঙৈদস্থ সেবা তৌরুব ঙমলোই। মসিগী মরু অচুম্বতদ ঈশিং চাইবদ তাইবং পুম্নমক লোয়পেনব ওইগনি। অচুম্ব ঙাক্লিব অদুন পুম্নমক ঙাক্লিবনি। মরমদি সংসারগী মূলদি অচুম্বনি। হরিশ্চন্দ্র

মহারাজন অচুম্ববু কনবদ মরৈবাক মরল 'মথুম পুম্নমক খাদোকখি। মাগী হকচাং ভংখায় ওইরিবী; সহধর্মীনি ওইরিবী সব্যা মহারাণী অমসুং অমত্ত পোকচব মাগী প্রাণ ওইরিব। মচা রুহিদাসবু য়োম্থোকপদ নত্তুন, সত্যগী চাংয়েংদ মশামক য়োম্থোক্তুন, মীনাই ওইদুন অচুম্ববু ঙাকখি। অমসুং মান লাইমক্ক ফংঙমদব পরম পদবী ফংখি। অচুম্ববু ফংলবদি পুম্নমক ফংলে।

## অচুম্বগী মহৈ

মী অদুন খংজ উজবগী মসুংদ মফম মতম পুম্নমক্ত য়াঙাংদ য়াখলদ লমচত্ত অচুম্ব চংপগী ব্রত ঙাক্লিব অদু সর্ভ-ভৌম্ মহাব্রতনি। চহী ১২ অচুম্ব ঙাংবগী ব্রত ঙাক্লরুব মী অমন "বাগসিদ্ধি" কৌব সিদ্ধি অম ফংই। মান খংন নত্রগ খংদন ঙাংথোকখিব য়াফম অদু অচুম্ব ওইরকই। যোগ সুত্র সাধন পাদ ৩৬ ডা পাতঞ্জল ন সুত্র অসি পীরি:— 'সত্য প্রতিষ্ঠায়াং ক্রিয়া ফলাশ্রয়ত্বম' যোগী অদুন অচুম্ব ঙাকপদ মপুং ফান মমুন ফারবদ মঙোন্দ করিগুম্ব মখলগী অরাংপ অমত্ত লৈতে। মতম অদুদ যোগী অদু তৌফম থোকপ মথৌ তৌবদ ক্রিয়াশিং অদুগী মহৈ তুংনফম ওইরকই। অদুগুম্ব অদু কনানম্ব তৌরুদন মদুগী মহৈ পীব ঙম্বগী শক্তি যোগী অদুদ লাকই। হায়বদি মহাক অদুন আশীর্ব্বদ

অমস্তুং শাপ তৌবগ অচুম্ব ওইরকই। মান অরা অনা পুম্বদগী নাম্মোকই অমস্তুং শান্তি ফংই।

স্বামী রাম তীর্থন হায়রম্মী :—

The whole nature is bound to co-operate with and serve one who stands by truth nothing but truth. অচুম্বভদ চুম্ন লেপলিব মগোম্দ মহোশা পুম্বন তেংবাংনবগীদমক্ত পুম্লে।

## মীনম্ব অচৌব পাপনি

"না নৃতাৎ পাতকম্ পরম্" মীনম্ব ঙাংবদগী হেনব পাপ অমত্ত লৈতে। সংসার অসি মিনম্ নমথাক লৌনম্ অমস্তুং অরানব শাজৎ-লিচৎ অমদি রাঙাংন থল্লি। মীনম্ব ঙাংবদগী খজিক্তুং কান্নব ফংই খনবদ্রু তশেংন কান্নব নত্তে। অচুম্ববু লোত্তুন কূইন খক থম্ব য়ারোই। মদু শোয়দন কোংদোরকনি, খংনরকনি অমস্তুং মীশিংগী রাহৈদ তাওখৎলকনি। মীনম্ব ঙাংখ মীবু কনানম্ব থাজদে। মীনম্ব ঙাংলিব মী অদু অতোপ্পশিংগী মফমদ থাজব মাংহনবত নত্তন মশান মশাবু থাজব ফাওব ঙমলক্তে। করিগুম্ব মান অমুক্ত মতুংগ ঙাং-লরুবম্ব মীন মাবু থাজবিদে। সংসার অসি মীনম-লৌনম্বন অমন অমবু থাজনদে। অহিং তুম্বদ খোং লোল্লি। কল্লাং থারব অমস্তুং খোং লোল্লব য়ুমগী মমুংদ থমলবম্ব উপুশিং শো লোমৈ। মীনম্ব অমুক্তং ঙাংবদগী মীনম্ব কয়া ঙাংবগী

হৈনবী ওইমখি। অমত্থুং হয় হয় মীনম্ব ঙাংত্থন চেৎশিনহল্লি শিবানন্দন হায়:— "Man tells several lies to cover up one lie, a lie concealed by another lies leads to more lies A sin concealed by another sin leads to more sins." (Bliss Divin) অয়ানব অমবু কুপশিন্নব হোৎনবদ মীন অয়ানব কয়া ঙাংই অহুম অয়ানব মীনম্ব অমবু মীনম্ব অমন্ন কুপ্তন হেন্ন হেন্ন মীনম্ব ওইরকই। পাপ অমবু পাপ অমন কুপশিন্নুন মথং মথং হেন্ন পাপ চেনব ওইহল্লি।

"You must not only speak justice but you must also speak against injustice," নংন অচুম্বত ঙাংগদব নত্তে চুমদবগী মায়োক্তম্ব ঙাংগদবনি।

মীনম্ববু শোগৎলিব মহাক অত্থুম্ব মীনম্বনি। অয়ানব ঙাংববু সমর্থন তৌরিব মশামক অয়ানবনি। অয়ানব ঙাংব অসি মশান মশাবু মাংহল্লব, পাংদব অশোনব অমস্থুং পাপনি। অচুম্বদগী শেমদোক্লব সৌনম খজিত্তুং য়াওব মীনম্ব; অনিলোংব য়াহৈ অমুক্তুং ঙাংলুবদগী যুধিষ্ঠীরন নরক য়েংব তাখি। অমস্থুং পৃথিবীদগী থুদোল অহুম য়াংন চৎলম্ব মাগী দোলাইগী চকা লৈমাইদ তাখি।

## অচুম অয়ানগী য়ারেপ

অচুম্ব য়াম চম্মী। তৌইগুবস্থুং য়াম্বিন্নব সংসার অসিদ মসিতবু থন্দোক্তন ঙাংব অমস্থুং চংপদি অয়াম্বব নত্তে। ময়ম

অসিন ঐখোয়গী শাস্ত্রন লেপ্পয়ব য়াম্নেপ করিন ঙাংগদব করিন ঙাংলোইদব, করিন তৌগদব করিন তৌরোইদব. মতু ইম্ম চৎকদবনি। ঙাংগদব অমসুং তৌগদব শাস্ত্রন খন্দোক্কন থমলম্নবশিং অদু ঐখোয়না থিগদবনি। করিগুম্ব শাস্ত্রদ মায়োক্কব য়াকম লাক্কবদ খুদম ওইনা শ্রুতিগ স্মৃতিগ মায়োক্কব য়াকম লাক্কবদি শ্রুতিগী য়াম্না অরোইবা ওইগদবনি।

ইন্দ্রি অমসুং পুক্নিংগী হকথেংনবা [প্রত্যেক্ষ] উরু তাকবা অমদি অনুমান তৌদুনা খংখিবা অমসুং ফংলকপা অনুভব অদুগা মরী ভাব অদু তরং তরং ফোংদোক্কবগী দমক্ত সুংশিবা অথুম্বা য়াইকবা অমদি অতোপ্পগী থক মাংলোই কায়রোইদবা য়াঙা' অদুবু অচুম্বা ঙাংবা কৌই। মতৌ অসুম্ন মীনম লৌনম য়াওদ- লমচৎকী মখিং অচুম্বা চৎপা কৌই।

মসুংদ লৌনম য়া ফুম্ব অচুম্ব অদু অচুম্ব নত্তে। "সত্য ন তৎ ছলেনাভ্যুপেতম" মতৌ অসুম্ন হিংসা য়াওবা অচুম্বা অদু' অচুম্বা নত্তে।' "সত্যং ন সত্যং খলু যত্র হিংসা"

"সত্যপূতাং বদেদ বাচং মন পূতং সমাচরেৎ।"

অচুম্বন শেংদোক্কব য়া ঙাংগনি। পুক্নিংন য়ারব লমচৎ চৎকনি

মসুন অচুম্ব করম্ন ঙাংগনী, ফজন তাক্লমী:—

সত্যম্ ব্রুয়াৎ প্রিয়ম ব্রুয়াৎ নব্রুয়াৎ সত্যমপ্রিয়ম।

প্রিয়ম চ নানৃতম্ ব্রুয়াদেষ ধর্ম সনাতনঃ॥

অচুম্ব ঙাংগনি মেংন ফজন ঙাংগনি। চুমদব অমসুং ভাবদ মুঙাইতবা অৱাওবা য়া ঙাংলোইদবনি। অদুগ ফজবা

তানিংব রা ওইদুনস্ত্র অরানবঙ্কি খক ঙাংলোইদবনি। মসি সনাতন ধর্মনি (মনু ৪/১৩৮।

অশ্বমেধসহস্রং চ সত্যং চ তুলয়া ধৃতম্।
অশ্বমেধসহস্রাদ হি সত্যমেব বিশিষ্যতে॥
অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশীং অমগ অচুম্বগ তুলাদ চাংদমনে।
অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশীং অমদগী অচুম্বতন হেল্লম্বী।
ভারত রাজ্যগী রাজচিনহ (লৈবাক্কী খুদম) রাহৈদি
"সত্যমেব জয়তে" — অসিনি

মরম অসিন লৌকিক অমস্তুং পরলৌকিক অনিমক্ত য়াইফব ফংনবগীদমক্ত মতম লৈব খিবিক্ত অচুম্ব ঙাংগদবনি অমস্তুং অচুম্ব চংকদবনি।

---

# গান্ধিজী অমসুং ধর্ম

মৈদগী মৈশা উন্দগী অয়িংব থক খাইদোকপ য়াদে। মৈদগী মৈশা উন্দগী অয়িংব হেক খাইদোকপদ উন অমসুং মৈ ওইদ্রে। মতৌ অদুগুম্ব মীওইব পুন্সিদগী ধর্ম হেক খাই-দোকপদ লৈমম য়াওদ্রব লৈরাং, ঈশিং য়াওদ্রব তুরেলগুম পুন্সিগী অর্থ শংদ্রে লৈদ্রে। স্বর ময়েক ( Vowel ) য়াওদন খোন্থোক অমত্তম্ব থোকপ য়াদবগুম গান্ধিজীন হায়:— "No man can live without religion" ধর্ম য়াওদন কনা অমত্তম্ব হিংব ঙমদে। হিংব হায়ব অসিদ শরু হোনব চংবগুম "Religion should pervade every one of our actions ঐখোয়গী পুন্সিগী থবক থৌরম খুদিংদ ধর্ম চংগদবনি। "ধর্ম রহিত জীবন সিদ্ধান্ত রহিত জীবন হৈ, ঔর সিদ্ধান্ত রহিত জীবন পতবার রহিত নৌকাকে সদৃশ হৈ" ধর্ম য়াওদব পুন্সিদি সিদ্ধান্ত লৈতব, পুন্সিনি অমসুং সিদ্ধান্ত লৈতব পুন্সিদি হিমায় চুমরব য়াওদ্রব হিগুম্বনি; অসুম্ব গান্ধিজীন হায়খি।

## ধর্মগী অর্থ

Cicero গী মত্ত 'Religion হায়ব লেটিন ৱাহৈ অসিগী অর্থ Re = again অমুক হন্না, leger = together খোমজিনব

'Together up again' হায়ন পী। Fitchte গী ব্যাখ্যা "Religion to mean knowledge giving man a clear insight in-to himself" হায়। Kant গী মত্ত Religion was morality অদুগ Hegel গী সংজ্ঞাদি "Religion is the Divine spirit becoming concions of itself through finite" পুম্নমক অসিগী অপুনব অচম্ব রাহৈদ মহাত্মা গান্ধিজীগীদি :– Religion means being bound to God হায়ন লৌই।

গান্ধিজীন মরম্নাই অনৌব ধর্ম অম থক পুথোক্লম্ব নত্তে। মোৎলব কোনবু ফেংদোক্লগ অরংব ওইন শিজিন্নবগুম স্বার্থ বাদীশিংন মোৎহল্লব ধর্মগী মতাং থরবু শেমদোকপগ লোইনন পুন্সি লৌবুক্ত চাংয়েং খুদিংমক ধর্মগী খুৎলাইন পাংথোকখি। মহাক্ক হায়রম্মী – "I have nothing new to teach the world. Truth and noneviolence are as old as hills. All I have done is to try experiments in both on as vast a scale as I could do."

ধর্ম শব্দ অসি সংস্কৃতকী ধারন (পুব) হায়ব অর্থ অদু ফোংদোকপ "ধৃ" ধাতুদগী ধর্ম থোরকপনি। মসিগী অর্থদি বিশ্ব ব্রহ্মান্দ, সৃস্তি অসিবু ধারন তৌদুন পুদুন চৎথরিব নিয়ম Law হায়বনি। ঐথোয়ন নিয়ম Law অদুবু ইন্দুন চৎলিব অমস্তুং নিয়ম অদুন ঐথোয়বু ঈশ্বর (Truth) দ পুশিনবীরিব মদুবু ধর্ম কৌই। জগতকী নিয়ম কার্তা (Law Maker)

অচু (সত্য truth) নি অচুগ Law নিয়ম অচু ধর্মনি। অশেংব মপুং কারব ধর্ম অমসুং ঈশ্বর (অচুম্ব) অনি অসি অমত্তনি মরমদি Law and law giver are one.

"একম্ সদ্বিপ্রাবহুধা বদন্তি" অচুম্বদি অমত্তনি অচুবু অশংব ঋষিশিংন তোঙান তোঙানব কোলোইন মিংগৌনৈ। অসুম্ব অচম্ব মাহৈদ গান্ধিন ঈশ্বরবু "অচুম্ব" সত্য কৌই। বেদান্তগী সচ্চিদানন্দ গান্ধিগী অচুম্বনি। মহাত্মান হায়খি :— Truth is my God. To me God is Truth and Love. God is ethics and morality. God is fearlessness, God is sorce of light and life yet He is above and beyond all this.

গান্ধিগী ঈশ্বরদি Anthropomorphic শিংগী মতৌগুম্ব মী অমগী মওংদ ভাবন হাপচিনব গুন নত্তে। মান হায় :— I do not regard God as a person. গান্ধিগী ঈশ্বরদি উপনিষদকী ব্রহ্মনি। বেদান্তগী আত্মানি। গান্ধিগী রামদি রামায়ন বারিগী রাম নত্তে ময়াম্ব লৌনরিব দসরথকী মচাগ থর খেথৈ। আত্মা রামনি সত্যগী মুর্ত্তিনি। মাগী কৃষ্ণদি ইতিহাসকী কৃষ্ণ নত্তে। গীতাগী পুরুষোত্তমনি। অমাং অতা নায়দব মফম মতম পুম্বমক্ত অহোংব লৈতব সর্বজ্ঞ, সর্ব শক্তিমান, সর্বান্তরযামি (পুম্বমক থংব, পুম্বমক ভম্ব, শিম্বুংন লৈব) সচ্চিদানন্দনি ঈশাবাস্যোপনিষদত পীরিব— "ঈশ্যাবাস্যমিদম্ সর্বম্ য়ত্তকিঞ্চ জগত্যাং জগত" হায়রিব ঈশ্বর অসি গান্ধিজীগী অরাধ্যদেবনি।

ভগবান যীশুন অহানবদ হায়— God is in the Heaven. মথংদ মান হায়— The Kingdom of Heaven is in your heart. ইকোন কোনবদ হায়রম্মী— I and my father are one. মহাত্মা গান্ধিসু. থাম্মাইগী বৈকুণ্ঠদ ঈশ্বর লৈ ; মী পুম্নমক ঈশ্বরগী মচানি ঈশ্বর অমসুং মাগী মচাগ অনি অসি অমত্তনি। মী পুম্নমক অচৎপ ঈশ্বরগী লাইশঙনি মীওইবগী সেবা অসি ঈশ্বরগী সেবানি Service of man is service of God. হায়রম্মী। অতোল-অতা লাইরবশিংবু দরিদ্র নারায়ন্নী খল্লম্মী।

## ঈশ্বর লৈ

ঈশ্বর নিরন্তর ভাসমান ওইন লৈ। গান্ধিন হায় "ঐগী ন্যায় অমসুং তর্কন শীংথাব ঙমদ্রব ঈশ্বরগী প্রমান শাগৎপ ঙম্ব য়াই নত্রগ ঙমদব য়াই। মরৈ য়েংনদুন তর্ক তৌনবদ নাস্তিক অমন ঐবু লাকচন ঙমখিব য়াই। তৌইগুম্বসুং ঐগী থাজবদি ঐগী ন্যায় অমসুং বুদ্ধিদগী অসুক্কী মতিক হেন্ন চেৎন লৈত্রে মদুদি ঈশ্বর লৈ, লৈরম্মী অমসুং লৈদুন অসুম লৈখিগনি হায়ন ঐন পৃথিবী পুম্নমকপু Challenge তৌদুন শীংনব ঙম্মী। মুমিৎন নোংচুপ্ত থোরকপ য়াই। সনজীং মকম হোংখিব য়াই। চিংথক্ত থম্বাল শাৎলকপ য়াই। সাবিত্রীন মাগী সতি ধর্ম থাদোকখিব য়াই। তৌইগুম্বসুং গান্ধিগী ঈশ্বরবু থাজবদি

করিগুম্ব শক্তি অমত্তুনম্ন হোংহন্নবগী মতিক লৈতে। Morality ধর্মবু পাংদবগী খুৎলাইনি হায়ন খনব জর্মন ফিলোসোফর Nietzche গী দর্শন্ন গান্ধিগী ধর্মবু লালহনব ঙমলোই। Religion is opeate of the people ধর্মবু কানীনি হায়রমলিব Karl Marx গী ব্রাহৈ, গান্ধিগুম্ব ভারতীয় অমগী মফমদা থক চুমহনব ঙমখিদে। গান্ধিগী ঈশ্বরদি নাস্তিকশিংনসু খাজদব ঙমগ্রব সত্য Truth নি।

ঈশ্বরগী হকথেংনব য়াথং শ্রুতিদি অনহত শব্দ অন্তরাত্মাগী ওইব অচুম্বগী খোঞ্জেল, আত্মাগী মরোল (Inner voice) নি। পুক্নিং হকচাং রাখল শেংন অহিংসা সত্য, ব্রহ্মচার্য্য অস্তেয় অমসুং অপরিগ্রহনচিংব অভ্যাস অমসুং পালন তৌগ্রবদি খোঞ্জেল অসিগী মরোল তাব অমসুং খঙব ঙমদে। শান্ত চিত্ত ওইরব স্থিত প্রজ্ঞ যোগী অম ওইরগ মরোল পুম্নমক খঙন তাদুন য়াথং অদু ঙাক্ন চত্তুন কাংঙন শঙ্গোমগ ঈশিংগ য়ান্সিল্লব পাত্রদগী শঙ্গোম ঙাক্ত খন্দুন থকখিবগুম ; অচুম অরাল অক-ফত্ত য়ান্সিম্নরব সংসার অসিদগী অচুম্ব-অফব মথৈত খন্দুন থবক তৌব ঙম্মী।

সত্য, অহিংসা, প্রেম, অহুম অসি অমত্তুনি। ঈশ্বরগী সৎ চিৎ আনন্দ হায়ব মমাই অহুম অদু নি। ঈশ্বরগী সত্য অহিংসা নত্রগ প্রেম অমত্তুং চৎপদ পুম্নমক ফংই। মসিদ চৎনবগীদমক্ত মতেং পাংব য়ম নিয়মচিংব যোগগী অঙ্গশিংগ লোইনম ব্রহ্মচার্যগী তপস্যা থাদোকপ য়াদন দরকার ওই। Hegel ন

Intellect কী ফিলোসোফর অমনি হায়রন লৌরব অমদি Schopen haur খু will গী ফিলোসোফর অমনি হায়রন লৌরব অদু ওইরবদি মহাত্মা গান্ধিদি (phylosopher of the Inner voice or concence ) অন্তরাত্মা বানীগী দর্শনিকনি।

## অচুম্ব

সত্যমেব জয়তে না-নৃতম

(অচুম্বতন জয় ওইরকই, অরানবন থক ওইদে।)

গান্ধিগী "সত্য" অচুম্ব সাধারন সত্য নত্তে। প্রাগাভাব, প্রধংসা ভাব, অন্যোনাভাব অমসুং অতন্ত্যাভাব হায়ব, লৈতব নত্রগ অরানব দোষ মরি অসি লৈতব সত্যনি। কাল্পনিক নত্রগ প্রতিভাসিক সত্তা (ভাবনা শাক্তুন লৈব) অমদি, ব্যবহারিক সত্তা (চৎনরোলদ চুম্ব) অদু নত্তে। পরমার্থিক সত্তা (absolut and altimat truth) নি। বেদগী "একমেব অদ্বিতিয়ময়ম ব্রহ্ম" ( One without a second ) অমত্ত ওাইব অনিসুব লৈতব ব্রহ্মনি। relative univers অসিদি সাধারন সত ওইরবসু পরমার্থিক সত্য নত্তে। "ব্রহ্ম সত্যং জগত মিথ্যা' ব্রহ্মতনি সত্যদি মথল মথা ময়াম ওইন উরিব মশক মও অমসুং মমিংগী থোনব জগত অসিদি মিথ্যানি মিনব্বনি সত্য অদু হেক খংব মতমদ, পূর্নমক অসি অমুক্ত ওইন পুন্ন খঙলগদি (The truth, knowing which everything

becomes known.] অচুম্ব অদু খঙবদ অচুম্ব অদু ওই। ঈশ্বর খঙব অদু ঈশ্বর ওই। ব্রহ্ম খঙবদু ব্রহ্ম ওই। "ব্রহ্মবিদব্রহ্মৈব ভবতি" ময়ম অসিন 'To know is to be' খঙব হায়বসি ওইবনি। অচুম্ব অদু খঙববু self realisation আত্মা সাক্ষাৎকার, নত্রগ মোক্ষ কৌই। মীওইবগী মপোক কংলব জীবগী পুন্সিন তাশিব পম্বুংদি মোক্ষ অসিতনি। থবক পুম্নমক অসিগীদমক্ত তৌবনি। ভগবান শঙ্করাচার্য্যন হায়রি:—

ইতঃ কো ষস্তি মূঢ়াত্মা যস্তু স্বার্থে প্রমাদ্যতি।
দুর্লভং মানুষং দেহং প্রাপ্য তত্রাপি পৌরুষম্॥
(বিবেকচুড়ামনি-৫)

অতাংব কংঙমদব মীওইপোক কংলবদ অমসুং মদুম্ব পুরুষত্ববু কংলবদ স্বার্থ সাধনদ ময়াই কাদুনা লৈথোকলিব মদুদগী হেন্ন পঙব অম অতে করি লৈরিবগে।

## অহিংসা

অচুম্ববু অমসুং প্রেম্বু থবক ওইন ওন্থোকপগী মমিং অহিংসা কৌই। Truth cannot give pain to anyone, অচুম্বন কনাবুম্ব অবাব মুঙাইতব পীরোই। ভগবান যীশুন হায়রম্মী— If a man beats you on one cheek, turn to him other cheek also. If a man takes your coat give him your shirt also. জয়দেব অমসুং

পবা হরি বাবান তৌখিবগুম গান্ধিজীগী পুন্সিম্ন অহিংসাগীদমক্ত হিংসাগী মায়োক্ত থবাক লোংন য়াখি। যীশুগী পাওজাক মায়ম গুজরাতি শৈরেং অম ইংলিসতস্থ হন্দোক্তুন য়ান থবক্ত ওহোংক্তুন শিক্তিয়খি for a bawl of water give a goodly meal. ঈশিং য়াউম অমগীদমক্ত ফজব চাকলেন অম পীবো অসিনচিংব।

অহিংসা পাঙদব মীগী মগুন নত্তে। থৌনাগী লংলব খুদমনি। গান্ধিগী মিৎয়েংদ অহিংসাগী করিগুম্ন দোষ অমত্তং লৈতে। মপুং ফাব অহিংসাদি জীব পানব পুম্নমক্কী মকমদ য়াইকনবত নীংবনি। মসি পুমশেং শেংলব অমকপ লৈত্রব মুংশিব প্রেমনি। লুপা অমগী মথুক অমস্তং মনম অনি লৈবগুম অহিংসা অমস্তং প্রেম পোৎ অমত্তগী মমিং অনিনি। গৌতম বুদ্ধগী মতৌগুম্ন গান্ধিজীন শা - ঙা বলি তৌত্রুন যজ্ঞ তৌব অসি য়াদে। বুদ্ধন হায়খি— If the sacrifice of a lamb help you to go to heaven ; sacrificing a man will help you better. Therefore sacrifice me. য়াও অম বলি তৌরগ নংগী স্বর্গ কাবদ মতেং পাংলবদি মী অম বলি তৌরবদি অমুক হেন্ন মতেং ওইগনি, মন্নম অসিন ঐবু বলি তৌ।

## বিশ্ব প্রেম

(প্রেম সদা বিজয়তে)

মুংশিবন সংসারিবু থৌরি য়াঙদন পুন্নি। প্রেম শাসন তৌরিব মকমদ খুৎলাইগী দরকার লৈতে। মুংশিব পুম্নমক্কী

পান্দমদি মশাগী থম্মোইদ লৈরিব ঈশ্বর (গান্ধিন আত্মরাম হায়রিব) অদুবু মুংশিবনি। মুংশিব লৈব মফম অদু শান্তিগী লৈফমনি। শান্তিন হেক লৈরব মফম অদু আনন্দ অশেংব মুঙাইব লেংদন লৈরে। "বসুধৈব কুতুম্বকম্" পৃথিবী অসিমক ইমুং মনুং অমত্তনি। মীওইব জাতি অমত্তনি। শাগৈ অমত্তনি। বিশ্ব ভাতৃত্ব (Universal brotherhood) বিশ্ব প্রেম (Universal love) অসি গান্ধিজীন প্রাকটিস তৌরম্ব প্রেমনি। মান হায়রম্মী— I want to take the whole world in the embrance of my love. ঐগী মুংশিগী লেং মনুংদ সংসার অপুম্ব অসি কোনশিনব পাম্মী।

## সর্ব ধর্ম সমানত্ব

মহাত্মা গান্ধিজীগী মিৎয়েংদ ধর্ম পুম্নমক চপ মান্নৈ; অমম্বুং ধর্ম খুদিংমক মপুং ফাদব (imperfect) থর থরদি লৈ। অচুম্বনি ঈশ্বর নত্রগ ব্রহ্ম (Truth) মশামক নত্তন মপুং ফাব পোৎ অমত্তসু সংসারদ লৈতে। করিগুম্ব লৈরম্লবদি পোৎ অদু অতৈ অম নত্তে ঈশ্বর মশামক্তি। ধর্মগী পম্বুংদ মপুং ফারব ঈশ্বর অদু লৈবদি, পৃথিবীগী ধর্ম পুম্নমক চপ মান্নৈ।

শনবী অঙাংবী, অমুবী, অঙৌবী, অরাংবী অমদি মঙ্গেবী অসিনচিংব মচু তোঙান তোঙানব লৈরবসু মখোয় পুম্নমক্কী

শুমথরকপ শঙ্গোমদি অশৌব মচুদ চপ মান্নে। মতৌ অদুগুম্ব ধর্মগীশু মপানগী রিতিরিরাজ, খেন্নরবস্তু মনুংগী মচি ওইব পোৎচং অহিংসা সত্য প্রেম ব্রহ্মচার্য্য শুচিতা সহিষ্ণুতা সমর্পন অসিনচিংব অথোইব গুনশিং চপ মান্নে। লোলশিং খেন্নরবস্তু রাখলদি চপ মান্নে মতৌ অদুগুম্ব ধর্ম পুন্নমকী পান্দম ঈশ্বর চপ মান্নে। মসিং খেন্নরবস্তু অমি থক শুদে।

তোঙান তোঙানব খেন্নরিব কুহি চৎনরোলনচিংব অসিদি ধর্ম নত্তে। গান্ধিজীন হায়রম্মী—"By religion I do not mean formal religion or customary religions, but that religion which underlies all religions which brings us face to face with our maker" মরম অসিন চৎনরোলদি হোংথিব য়াই। ধর্মদি অহোংব লৈত্রব লেংত্রব উপালনি। স্বামী বিবেকানন্দনস্তু হায়রম্মী, চাক চাবদ ওইন খুজায় পাইগদবনি য়েৎন চাক হুক্কদবনি অসিনচিংব, চাকথোং চকুন লাই ওইব চৎনবীনচিংবসি ধর্ম নত্তে।

## হিন্দু ধর্মদ গান্ধি

সংসার অসিদ সমাজ কয়ামরুম লৈনরি। মখোয় খুদিংমকী মাগী মাগী ওইব "সমাজিক ব্যবস্থা" অমমম লৈনৈ। মদুবুস্তু ধর্ম কৌই। হিন্দু সমাজগী সমাজিক ব্যবস্থাগী মখিংবু "হিন্দু ধর্ম কৌই। গান্ধিজি হিন্দু ধর্মগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মনুংব

ঋষি ভক্ত কাংলুপ্ত পোকপনি। মহাত্মা গান্ধিজী হিন্দু ধর্ম অমসুং ভারত ভুমি অসিগী তহন-থান মাত্রব মরি লৈমৈ। 'লন্দন টাইমস' কৌবা চেকোংদা লাওথোকখি—'No contry other than India no religiou other than Hinduism could have produce a Gandhi' ভারত নত্তব দেস অমত্তদসু হিন্দু নত্তব অতোপ্প ধর্ম অমত্তদসু গান্ধিগুম অম পোকহনব ঙমলোই। অতোপ্প ধর্মশিংন মাগী মাগী ধর্ম অদুতন ঈশ্বর ফংননব পম্বুং য়োননব লম্বীনি। অতৈ ধর্মদি থক ওইদে হায়বগুম হিন্দু ধর্মদি হায়দে। ধর্ম অসিন হায়বদি লম্বী কয়া-মরুম লৈব য়াই তৌইগুম্বসুং লক্ষদি অমত্তনি।

## যোগ

হিন্দু ধর্মগী মহুংদ যোগ হায়বসি আত্মাবু ঈশ্বরদ ব্রহ্মদ তিন্সিনব বিদ্যানি। যোগ কয়ামরুমগী মহুংদ মরুওইবদি জ্ঞান, ভক্তি, কর্ম অমসুং রাজযোগনি। যোগশিং অসি অমমমত নত্রগ পুম খর খর য়ান্সিনদুন অভ্যাস তৌব য়াই। থম্মোইগী পোথোক প্রেম কব মীন ভক্তি, কোকী পোথোক বুদ্ধি কব মীন জ্ঞান যোগ, সেবাগী ভাবনা চেনব মীন কর্ম অমসুং ইন্দ্রি সংযম, আত্মা সংযমগী থুকচেল লৈব মীন রাজ যোগ অভ্যাস তৌবদ চুশিনব অমদি যেম খুংলোইদ ওই। গীতান হায় "তস্মাত যোগী ভার্জুন" মরম অসিন হে অর্জুন যোগী অম ওইয়ু। মহাত্মা

গান্ধি যোগী অম ওইননব কম হোৎনখি। মহাক্ন যোগশিংগী য়াম্লিময়ব মিশ্রযোগ (Synthesist. of yoga) বু অজ্যাস তৌখি। স্বামী শিবানন্দন গান্ধিজীবু Practical vadantin and practical Karmayogin হায়রম্মী।

## শোক্ক - পম্ন য়াদব

বিদ্যাবিনয় সম্পন্নে ব্রাহ্মণে গবি হস্তিনী।
শুনি চৈব শ্বপাকে চ পণ্ডিতাঃ সমদর্শিনঃ॥
(গীতা ৫/১৮)

বিদ্যা বিনয়ন তিল্লব ঋষিশিংন ব্রাহ্মন্দ, শন্দ, শামুদ, হুই অমসুং চন্দালদসু চপ মান্নন য়েংই।

বিবেকানন্দগী বাহৈদ 'চাকথোং চফুন লাই ওইব' হিন্দুগী পাই অমসুং ধর্ম চাকথোং চফু মমুংদ হাপচিল্লগ শেংন শোক্ক পম্ন য়াদন থম্মী, মশানদি চত্তে। অনিনচিংব হায়বগুম্ন 'Tuch ne not' ঐবু শোক্ককনু হায়ব untuchablity শোক্ক পম্ন াদব "অস্পর্স্ত।" হায়ব অসি হিন্দুগী সনাতন বৈদিক ধর্মদ চশেংন, য়াওদে অমসুং মসিবু ধর্মগী তঙাইফদব পোৎচং অমনি ায়ন লৌবদি গান্ধিজীন মংদফাওব কাংথোক্কন খনখিদে।

গৌতম বুদ্ধন শা-ঙা বলিগী মায়োক্ত শংকরাচার্যন দৈত াদকী মায়োক্ত, রাজা রামমোহন রাইন সতিদাহগী মায়োক্ত,

ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরন বিধবা বিবাহ য়াদবগী মায়োক্ত চোংলিন্দুনা চৎনবীগী চেকপল কাওখেক্তুনা থুগাইখিবগুম মহাত্মা গান্ধিনা শোক্ল শগ্ন য়াদে হায়রব তমথিরব চৎনবীগী চীংজাও অসি থুগাইবদ অমস্তুং "অস্পর্শতা" হায়রব সমাজগী চোইরোল অসি মুথৎপদ পুন্সি অমস্তুং থরাই কৎখি।

ধর্মগী মীৎয়েংদ মী খুদিংমক চপ মাপ্নে। Non is hight non is low. কনানস্তু য়াংদে কনানস্তু নেমদে। আত্মা অমত্তন খুদিংমক চপ মান্নন চংদুন ভাল্লি। মীবু মীদগী খেন্নহল্লিব, য়েংথিনহল্লিব, অদুগুম্ব ধর্মগী, রাজনীতিগী, চৎনবীগী জাতিগী, কুচুগী পলশিং অমদি ফক্লাং পুম্নমক মরুফংন ফুক্তোক্তুনা মাংহনগদবনি। মতম অদুতদ সংসার অসি শান্তি ওইগনি। অমস্তুং মদুমক ধর্মগী থাদোকপ য়াত্রব মরুওইব অঙ্গ অমনি। অশেংব ধর্মগী জ্ঞান অদু লৈরব মতমদ অমগ অমগগী মরক্ত লৈরিব খেন্নব অমস্তুং থাজনবীশিং মাঙখিগনি। গান্ধিন হায়—

True knowledge of religion breaks down the barries between faith and faith.

## বর্ণাশ্রম

ব্রাহ্মণোস্য মুখমাসীদ বাহু রাজন্যঃ কৃতঃ।
উরু তদস্য যদ্বৈশ্যঃ পদ্ভ্যাম্ শূদ্রো অজায়ত॥

শ্লোক অসি ঋগ্বেদগী পুরুষ সূক্তদ য়াওরে বর্ণ মরিগী পোক্লকপগী বর্ণন তৌব মন্ত্রনি। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমস্তুং

শূদ্র অসি মথং মথং ওইন পরমাত্মাগী চিন পাম্বোম বৈগল অমসুং চরন্দগী পোকখি।

"চাতুর্বর্ণ্যম্ ময়া সৃষ্টম্ গুন কর্মবিভাগশ। [গীতা ৪গী ১৩] গুন অমসুং কর্মগী মতুং ইন্না ঐন বর্ণ মরিবু শেমখি। অদু ওইরবসু ঐদি অকর্তা অমসুং অবিনাশীনি।

মরম অসিন ঐখোয়্গী খঙলে মতুদি সমাজ ব্যবস্থাগীদমক্ত বর্ণ লৈতব য়াদে। পৃথীবী পুম্নমক্কী লৈবাক পুম্নমক হক- থেংনন নত্রগ নাকোইনন বর্ণ লৈনরি। তৌইগুম্বসু মাগী মাগী মগুন অমদি শিনফমদগী থায়্গব নত্তুন ব্রাহ্মন ক্ষেত্রি বৈশ্য শূদ্র জাতকী অমদি শাগৈগী অনেম অরাংব অমদি হন্নুন ধন্নব অসি মপা মপুগী চৎথরকপ থাদোকপ য়াব্রব সত্ব অধিকার অম নত্তে। করিগুম্ব শেমজিনব অরানব অসি গান্ধিগুম্ব অথংব অমগী বর্ণাশ্রম ধর্মদ য়াওদে। ব্রহ্মচার্য্য গৃহস্থ বান- প্রস্থ অমসুং সন্ন্যাস পুন্সিগী ফিভম অশ্রম মরি অমসুং বর্ণ মরি গান্ধিজীন থরাই হকচাং য়াওন থাজৈ। হিন্দু সমাজদ নত্তুন মীপুম খুদিংমক্ক মসি ঙাক্ক চৎপ পাম্মী।

## মূর্ত্তি পূজা

স্বামী দয়ানন্দ অমসুং মাগী আর্য্য সমাজন মূর্ত্তি পূজাগী মায়োক্ত অকনব আলোচনা তৌই। তৌইগুম্বসু গান্ধিজীগুম্ব মহাত্মা ঋষি কয়াগী বাখলদি মূর্ত্তি পূজা অসি ধর্মগী চংদব

মাক্ষব পোৎচং অমনি। গান্ধিজীন হায়রম্মী— Image are an aid to worship. No Hindu considers an image to be God. I do not consider idol worship a sin. I do not disbelive in idol worship.

## অদ্বৈত

বেদান্তদ সিদ্ধান্ত কয়ামরুম লৈনরি। মতুগী মনুংদ শ্রীগৌরপাদাচার্য্যন হোদোক্লম্ব অদ্বৈতবাদ, শ্রীরামানুজাচার্য্যন হোদোক্লম্ব বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ, শ্রীমধ্বাচার্য্যগী 'দ্বৈতবাদ' শ্রীনিম্বার্কাচার্য্যগী "দ্বৈতাদ্বৈতবাদ" শ্রীবল্লভাচর্য্যন পুথোকপা শুদ্ধাদ্বৈতবাদ অমদি শ্রীচৈতন্য গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুন হোদোক্লম্ব অচিন্ত্যভেদাভেদবাদ অসিনচিংবগী মনুংদ মহাত্মা গান্ধি অদ্বৈতবাদ (Non dualism) গী সিদ্ধান্ত (doctrin) বু মরুওইন থাজবা অমনি। সিদ্ধান্ত অসি ভগবান সংকয়াচার্য্যন শন্দোক্লম্বনি।

## ধর্ম প্রচার

হিন্দু অম ওইন মহাত্মা গান্ধিন পৃথিবীদ লৈরিব খৃষ্টান, মহম্মদ, জৈন, বৌধ, জোরোষ্ট্র্যানিজম জুদাইজমনচিংব ধর্ম পুম্নমকপু মশামক্তী ধর্মগুরু মুংশিন চপ মান্নন ইকায় খুম্নে। অমসুং ওব মথৈ নৈনৈ। মী পুম্নমকপু ধর্ম চৎনবব

খুঙদখশিংবু খুঙনবগী প্রচার তৌগদবনি। তৌইগুম্বসুং মশান চৎচরিবা মশাগী ধর্ম অদুদা হেন্না কব অমমম্ ওইরনবা প্রচার তৌবা নত্তুনা মদু থাদোক্তুনা "ঐগী দা লাকউ ঐগীদা য়াও" হায়না প্রচার তৌবদি অয়ানবনি।

বলব পুন্নমক্ত ওাক্লিব মৈ অসি চপ মান্নব মৈ অমত্ত ওইরবস্ বলবকী বার্ড, ভোল নম্বর অহেনবনা হেন্না ওাক্লি। অত্তগুম্ন হিন্দু খৃষ্ট্যান, মহম্মদন বৌধন পৃথিবী অসিদা মীশীং য়াম্ন য়াওব অমসুং ওানব হেল্লি। "হিন্দু ধর্মবু নংনা থাদোক্লিংদব অমসুং হেন্না পাম্বগী মরম করিনো?" হংবদা গান্ধিজীনা খুমখি— "অহিংসা, সত্য, প্রেম ব্রহ্মচার্য্যনচিংব অসি পৃথিবীগী ধর্ম অতৈদগী হেন্না শন্দোক্ত অমসুং কুপ্ন নৈনৈ; মসিবু তৌদব য়াদব অম ওইনা হেন্না চেকশিন্ন থম্মী মরম অদুননি,"

## প্রবৃত্তি মার্গ

সনক, সনন্দন সনতকুমার অমসুং সনত্ সুজাতন হৌদোক্লম্ব সংকরাচার্য্য, বিবেকানন্দ, শিবানন্দনচিংবনা চৎখিব নিবৃত্তি মার্গগী লম্বীদা মহাত্মা গান্ধিদি চৎখিদে। মশামক্ত হায়রম্মী— It is wrong to call me an ascetic. রাজা জনকনা মতৌগুম্ন প্রবৃত্তি মার্গদা চত্তুনা গীতাগী "পদ্ম পত্রমিবাম্ভসা" Be in the world but be out of the world. Behave like the water on the lotus leaf. সংসারদদি লৈয়ু অদুগা

সংসারিক (worldly attachment) অমদি ওইগনু থবালগী লৈনাদ লৈব ঈশিংগুম্ন" হায়ব পাওতাক ইন্দুন সংসারদদি লৈরগ সংসারিক্কী রাখলন পুন্সিলহন্দন লেমখি।

আধ্যাত্মিক অমসুং অধিভৌতিকী ওইব পুন্সি মথল অনি (Life in spirit and life in matter) গী মনুংদ গান্ধিজী অধ্যাত্মিকী মনুংদ হিংব (Life in spirit) পুন্সিদ লৈখি। ফিভাং শেৎপ মরু কৌকপ সন্যাসি অম নত্রবসু ভোগ-বিলাসকী পুন্সিবু পামজদব Plain living and high thinking গী আদর্শদ মন বৈরাগী অম গান্ধিজীসু ওইখি।

সংসার অসি অফব ভাকসু নত্তে অদুগ ফত্তব ভাকসু নত্তে। মসিবু দোষ ভাক্ত উদুন ফত্তব ওইন লৌব নিরাসবাদী অম গান্ধিজীন ওইদে। অদুগ দোষ উদন গুনত য়েংদুন হরাও নুঙাইথোকফম ওইন লৌব হর্ষবাদী অমসু নত্তে। মহাত্মা গান্ধি অনি অসিগী মনুংদগী তোঙানব Highest obtimistic অমনি। মীগী ফত্তব থিদুন ভাংব অধম্ পুরুষ অমসুং মগুনত্ত য়েংদুন থাগৎপ মধ্যম পুরুষসু নত্তে। দোষগুন অনিমক থিরগ দোষ থাদোক্লব অমসুং গুন লৌশিননবব উপাই তাক্লব উত্তম পুরুষ অমনি।

## গান্ধিজী পোলিটিস্যান অম নত্তে

নীংতমলব ভারতকী রাজনীতিদ গান্ধিজীগী শিংতমক্রব লমন ভোমবসু; গান্ধিজীদি পোলিটিস্যান অম নত্তে, মহাক

চাংদমনীঙাই লৈত্রব Spritualist অধ্যাত্মবাদী অমনি। মহাকী মুঙগী ওইব অশেংব শক্তম মশামক্ত মথাগী ৱাহৈশিং অসিদ কোঙদোক্লি :—

"Those who think me to be a politician and those who think that my business is politics have really not understood me at all. They have totally missed the real being in me. I am a seeker or nothing at all. The truth about my life in my seeking, is my quest for God, politics is only an incidental part of my life."

(Gandhiji)

(The Divine life, Vol. XXXVI Jan: '74)

"কনাগুম্বশিংন ঐবু ৱাজনীতি শাম্বব মী অমনি হায়্রন খল্লিব অদুগ কনাগুম্বন ঐগী শিনফমদি ৱাজনীতিনি খল্লিব মখোয়্রন ঐবু তশেংন শুকথঙ থঙদ্রে। মখোয়্রন ঐঙোন্দ লৈরিব ঐগী অশেংব শক্তম লাম্ন ল্লোরে। ঐদি ইচম চম্ন (জিজ্ঞাষু) অথিব মী অম নত্তুন কৰিস্ন ওইদে। ঐগী পুন্সিগী অশেংব শক্তমসি থিব, ঐগী ঈশ্বরবু থিজব অসিতনি। ৱাজনীতিদি ঐগী পুন্সিদ থোদোক অম ওইন থেংনরুবতনি।"

(গান্ধিজী)

(দিবাইন লাইফ, ভোল্যুম ৩৬ জানুয়ারী '৭৪)

## স্বাধ্যায়

গান্ধিজীন বেদ বেদান্ত পুরাণ, ইতিহাস স্মৃতিনচিংব নৈনরম্মী। রামায়ন ভাগবদ, মহাভারত যোগ দর্শনচিংব হিন্দু ধর্মগী শস্ত্রশিংদ নত্তন বাইবল. কোরাল, ধমপাদ জেন্দাবস্ত-নচিংব ধর্ম পুন্নমক্কী মরুওইব শাস্ত্রশিংসু নৈনরম্মী। যীশুগী চিংথক্কী পাওত্তাক, বুদ্ধগী লশ্বী নিপাল; পাওতাক অসিগী প্রচারক অমসু ওইরম্মী। গীতা অমসুং উপনিষদ মাগী থদোক্লব য়াব্রব লমজীং লাইরিকনি। গীতা মাতাবু মান পুন্সিগী ভিক্ষনারী কৌরম্মী। গান্ধিগী ইষ্টদেবতা (Choosen diety) দি শ্রীরামনি। গান্ধি হিন্দু সনাতনিক অমনি। মান হায়— "I call myself a sanatanic Hindu."

গান্ধিগী স্তুতিগী প্রার্থনা লাইশোলনচিংবদ অতোপ্প লোল অমসুং ধর্মগী প্রার্থনা অমদি লাইশোল কয়া য়াওরম্মী। অখুব মিৎয়েং অমসুং বাথল য়াংএব্রব বেদগী ওইব উপনিষদিক প্রেয়র শিংবু গান্ধিজীন খনগৎলগ শক্লম্মী।

সর্বেষাং স্বস্তির ভবতু। সর্বেষাং শান্তির ভবতু।
সর্বেষাং পূর্ণং ভবতু। সর্বেষাং মঙ্গলং ভবতু।
সর্বে ভবন্তু সুখিনঃ। সর্বে সন্তু নিরাময়াঃ।
সর্বে ভদ্রাণি পশ্যন্তু মা কশ্চিদ দুঃখভাগ ভবেত॥
ওঁ অসতো মা সদগময়। তমসো মা জ্যোতির্গময়।
মৃত্যোর্মা অমৃতং গময়॥
ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ॥

# ভক্তিগী কান্নব

ওঁ

শ্রীপরমাত্মনে নমঃ

ত্বমেব মাতাচ পিতা ত্বমেব, ত্বমেব বন্ধুশ্চ সখা ত্বমেব।
ত্বমেব বিদ্যা দ্রবিনম্ ত্বমেব, ত্বমেব সর্বম্ মম দেবদেব ॥

## যোগ পুম্বদগী ভক্তিন অহেনবনি

পুরুষঃ স পরঃ পার্থ ভক্ত্যা লভ্যস্ত্বনন্যয়া।
য়স্যান্তঃস্থানি ভুতানি য়েন সর্বমিদম্ ততম্ ॥ (গীতা ৮/২২)

তেংবান পুম্ব মাগী মপুংদ লৈব অমত্নং মান পুম্নমক্ত শিন্থ্ংন লৈব সনাতন অব্যক্ত ওইব পরম পুরুষ ভগবান মাবু অনন্য ভক্তিতন ফংব ঙম্মী।

খ্বাইদগী লায়ব পাম্বেন, পুম্নমক্তগী থোয়ব জীবগী কান্নব ফংহনব ঙম্বদি ভগবদ্ভক্তি মথন্তু নত্তন অনিশুব পাম্বে অম থক লৈতে। ভগবদ্ভক্তিবু ফংবদি ভগবান মশামকপু ফংবনি। মসিবু ফংলবদ মসিদগী হেনব অতোপ্প ফংনিঙাই ওইব অমত্তম্ব লৈতরে। "য়ম্ লব্ধা পরম্ লাভম্" জ্ঞান, কর্ম যোগনচিংব পরমানন্দ স্বরুপ পরমেশ্বর সচ্চিদানন্দবু ফংননব অতৈ পাম্বে পুম্নমক্তগী ভগবদ্ভক্তিতন খ্বাইদগী লায়ব, খুদোংথিব লৈতব, শোয়দব অমত্নং

থুন য়ৌব ঙম্মী হায়রুন অধ্যাত্মিক্ তত্ত্বজ্ঞশিংন ভক্তিবু "সুগম্ সাধন" অরায়ব পাম্বে কৌনৈ। মরম অসিন নারদন মাগী ভক্তি সূত্রদ ইরি:— "সা তু কর্মজ্ঞান্ যোগেভ্যোপ্যধিকতরা" "২৫" তশেংনমক ভক্তিন কর্মজ্ঞান অমসুং যোগদগী হেল্লি।

ভগবান মশামক্লস্থ উদ্ধবত হায়খি :—

ন সাধয়তি মাং যোগো ন সাংখ্যম্ ধর্ম তত্তব।
ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগে যথা ভক্তির্মোর্জিতা॥

(ভাগবত ১১/১৪/২০)

হে উদ্ধব! লৌনমদন হায়রবদ; অশেংব ভক্তিন ঐবু ফংব ঙম্ব অদুগুম্ন যোগন সাংখ্যন ধর্মন স্বধ্যায়ন তপ্ন তমসুং ত্যাগন ফংব ঙমদে।

## ভক্তিন ভগবানবু খুদুম চল্লি

শেংলব ভগবদ্ভক্তিদ ফংঙমদ্রব ভগবানবু খুদুম চন্নবব বশীকরণ শক্তি আকর্শন শক্তি য়াওরি। মসিগুম্ব "অনির্বচনীয়ম প্রেম" (রাহৈন ফোংদোকপ ঙমদব প্রেম) অসিগী পাম্বন ভগবানবু খুদুম চল্লি। অমসুং ভক্তগী মফমদগী ভগবান্ন খুবৈ অম লেংথোক্তে। ভক্তিগী ফলদি ঈশ্বরবু খুদুম চনবনি। "ভক্তে ফলমীশ্বর বশীকর" ভগবান্ন হায়খি:—"সদা মুক্তোপি বদ্ধোস্মি ভক্তেসু স্নেহ রজুভিঃ।

অজিতোপি জিতোহম তৈবশোপি বশীকৃতঃ॥

মতম খিবিক্ত ইনিংতম্ব ওইদুনসু: ঐদি ভক্তশিংগী প্রেমগী মশক ওইরব থৌরিন পুন্সিন্দুন লৈ। কনানসু জয় তৌঙমদব ওইদুনসু

মখোয়ন ঐবু জয় তৌদুন লৈ । অমসুং লাকওম ফাওমদব, কৈদৌ-ঙৈদস্থ খুদুম চনব ওমদব ওইদুনসু মখোয়ন খুদুম চল্লি ।

সুদর্শন চক্রবু কিদুন চংজরক্লব দুর্বাসা ঋষিদ বিষ্ণু ভগবান্ন হায়খি :—

অহম্ ভক্ত পরাধীনো হ্যস্বতন্ত্র ইব দ্বিজ ।
সাধুভির্গ্রস্ত হৃদয়ো ভক্তৈর্ভক্তজন প্রিয় ।

(হে দ্বিজঃ ঐ অসি মীখা পোনবগুম্ন ভক্তিন খুদুম চল্লি। ভক্তন খুদুম চনব, ভক্তবু নুশিংজরুব ঐগী থম্মোই অসি সাধু ভক্তশিংন পুন্দুন থম্মী ।)

চৈতন্য চিরিতামৃত মধ্যলিলা ১২·২৬ ত হায়রি :—

যদ্যপি ঈশ্বর তুমি পরম স্বতন্ত্র ॥
তথাপি স্বভাবে হও প্রেম পরতন্ত্র ॥

(ঈশ্বর নহাক্ল অথোইব ননীংতস্ব ওইদুনবসূ প্রেমগী মখা পোনবদি নহৌশানি ।)

ভগবদ্ভক্তি অসিবু মরল ওইজরব ভক্তশিংবু ভগবান্ন অসূক্কী মতিক লুন অমসূং ৱাংন থম্মী। শ্রীমদ্ভাগবত্ত ইরি :—"ঐন মখোয়গী মতুংদ ইন্ন ইন্নদুন চৎলি ; মরমদি মখোয়গী খুয়াগী উফুলন ঐগী কোক্ত তাদুন ঐ অসি শেংজনব" "অনুব্রজাম্যহম্ নিত্যং পুয়েয়েত্যঙ্খিরেনুভি : (শ্রীমদ্ভ ১১/১৪/১৬)

## দেবতাশিংগ লোয়নন ভগবান্ন ভক্তগীথম্মোইদ লৈ

ভগবদ্ভক্তিদি ভগবানমক্কী থরাইনি। ভক্তি অসিবু ফংজরব ভক্তগী মফমদ অশেংব পুন্য খিবিক্ল তিল্লব দেবতানচিংব পুম্বগ

লোইনন ভগবান্ন বিরাজ ওইদুন ঙাম্মোইবী। অমসূং ভক্ত অদুবু ঙাক-শেল্লি। পদ্ম পুরান্দ হায়রি:— গোবিন্দগী ভক্তি তৌরিব ভগবদ্ভক্ত অদুবু দেবতা পুম্নমক্না হরাওদুন শান্তি পীনৈ ব্রহ্মান-চিংব দেবতাশিংন মাবু ঙাকই। অচৌ অচৌব মুনি ঋষিক্নস্ত মঙ্গল পীনৈ। গোবিন্দগী ভক্তিবু পুরিব মী অদুদ ভূৎ-পিশাচনচিংবগ লোইনন গ্রহ পুম্নমক্না অফব মিৎয়েং (শুভ দৃষ্টি) ন-য়েংই। মাগী য়ুমদ লক্ষ্মিনন তুংনফম ওই। গোবিন্দবু ভক্তি তৌরিব ভক্ত অদুগী মশাদ গঙ্গা, গয়া, নৈমিষারন্য পুস্কর, কাসী, প্রয়াগ অমসূং করুক্ষেত্রনচিংব তীর্থশিংন নোঙ্গক্না নিবাস তৌই। আদি পুরান্দ ভগবান্ন নারদদ হায়রি:—

নাহম্ বসামি বৈকুণ্ঠে য়োগিনাম হৃদয়নচ।
মদ্ভক্ত যত্র গায়ন্তি তত্র তিষ্ঠামি নারদ॥

ঐ বৈকুণ্ঠদসূ লৈতে। যোগীশিংগী থম্মোইদসূ লৈতে। প্রেমগ লোইনন ঐগী ভক্তশিংন ঐগী নাম কীর্ত্তন তৌরিব; হে নারদ! মফম অদুদ ঐ লৈ।

## ভক্তি নত্তন দোষ-গুন ভগবান্ন য়েংদে

ভগবান্দি ভক্তশিংগী ভক্তি চাদুন হিংই। ভগবান্ন ভক্তগী দোষ-গুন অতৈ করিসূ য়েংদে। ভগবদ্ভক্তিদি স্পর্স মণিনি। মান হেক শোকপদ দোষ পুম্নমক খুদক্ত গুন ওল্লি। ভক্তিবু হেক ফংবদ, মঙাল লাকপদ অমম্বন মাংখিবগুম দোষ পুম্ব মাংখিদুন শুভগুন ঙাক্তন তিল্লি। শ্রীমদ্ভাগবত্ত হায়রি:—

"ব্যাধদ করি লমচৎ লৈদ্রুন; ধ্রুবগী অবস্থান কয়া মতিক চাদ্রুন; গজরাজদ করি বিদ্যা লৈদ্রুন কুবজা (নম্বোনবী) দন করি ফজব লৈদ্রুন; বিদুরগী শাগৈ জাৎন কয়া ফব ওইদুন; যাদবপতি উগ্রসেন্দন করি পুরুষার্থ লৈদ্রুন ভগবানগী অমুল্য কৃপা ফংখিবনো? ভগবান্দি ভক্তিতবু পাম্বনি। ভক্তিতন পেনবনি। মতিক মগুন মরল মথুম অমস্তুং শক-গুন্দ য়েংদে। "ভক্ত্যা তুষ্যতি কেবলং ন চ গুনৈর্ভক্তি প্রিয়ো মাধব।"

গীতাদস্থ ভগবান্ন হায়রি:-

থোইদোক্ল লমচৎ ফত্রব পাপী ফাওবন অরেপ্প রাথলদ ঐগী ভক্ত ওইদুন, ঐবু লেপ্পুন নীংলক্লব, মহাক অদু সাধুমক্কী শীংদ চল্লে, মরমদি মান অশেংবদ লেপ্লে। হে অর্জ্জুন থিন্দন মহাক ধর্মাত্মা ওইদুন মতম পুম্বগী ওইব পরম শান্তিবু ফংই। তশেংবনি হায়ন খংউ মদুদি ঐগী ভক্তন থক মাংদে। হে অর্জ্জুন, নুপী বৈশ্য শুদ্র, অমদি পাপীসু ওইজসনু মখোয় পুম্বনবু ঐগোন্দ চংজদুন পরম গতিবু ফংই।

( গীতা ৯ গী ৩০/৩১/৩২ )

## ঐগী ভক্তদি থক মাঙদে

পুম্নমক মাংব নায়ব সংসারনি। অরেপ্প লৈতন হোংব, মিকুপ্ত মুৎখিব য়াব ক্ষনভঙ্গুরনি। তোইগুম্বসুং ভগবদ্ভক্তিদি লেপ্পব জগত্ত অরেপ্প, লেংদব, কলপ বৃক্ষনি। প্রলয়ন মাবু শোকপ থক ঙমদে।

পদ্ম পুরান ৬/১৯১ দ হায়রি :— "সংসার পুম্ব মাঙগ্রবম্ভ ভগবন্তক্তদি খক মাঙদে। মরমদি মাগী ভক্তি স্থত্রন পুন্দুন ভগবান হরিন লোক অসিবু থাদোক্লগ মাগী ভক্তগী থম্মোইদ চংঙ্গন লৈ।" গীতামস্থ লাওরি :— "ন মে ভক্ত প্রণশ্যতি" ঐগী ভক্তদি খক মাঙদে।

## ভক্তদি অবাব য়াওদে

সংসার অসি অৱাবতন থম্ন লৈরব ভব-সাগর অৱাবগী সমুদ্রনি। ভর্ত্রিহরিন হায়খি :— "ইতি সংসারে স্ফুটতরদোষ কথমিহ মানব ভব সন্তোষ" দোষতন থম্ন লৈরব সংসার অসিদ মীওইব নংন মুঙাইব অপেনব কৱম্ন ফংগদৌরি ? "সংসারে মনুষ বদত যদি সুখম্ স্বল্পমপস্তিকিঞ্চিৎ।" হে সংসারিক মীওইব হায়য়ু মুঙাইব খজিক্তং ওইরবস্থ লৈ হায়রিব মকমতু কদায় দনো ? অসিগুম্ন দুখ তরঙ্গীনি সংসার অসি গীতান 'দুখালয়ম' 'অশাশ্বতম' নচিংব কৌই। পুম্নমক অৱাবদ ইরাক্লরবস্থ মদুদ ভক্তদি খক য়াওদে। মখোয়দি ভক্তিগী হিদ তোংঙ্গন ভগবান ভবসাগর অসিদগী মুঙাইন লাম্থোকপী "তেষামহম্ সমুর্দ্ধাতা মৃত্যুসংসার সাগরাত (গীতা ১২-৭)

ভবদুখ খরট্রেন পিষন্তে সর্বমানব।
দুখ মুক্ত সদানন্দ কৃষ্ণ ভক্তোহি কেবল ॥

(তারাকুমারস্য)

অৱাবগী মশক ওইৱব সংসাৱগী চক্রিদ জীব পুম্নমক ক্তক-খাইৱি। স্বপ্নগী নিত্যানন্দ স্বরূপ ওইব শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিং অৱাব অসিদগী নাম্থোক্কই।

খ্বাইদগী হেন্না ৱারে হায়ৱন লৌনৱিব খাংঙমদব তমথিৱব অৱাব পুম্নমক অশেংব ভক্তগী মনাক্ত হেক চংলুবদ লেম্না নুংশাদ তুম্বগুম খুদক্ত মাংখি অমসুং নুঙাইৱব শাম্নপোৎ ওনখি। মৱম অসিন ভক্তন অৱাব পুম্নমকপু খক কিব লৈতে। মখোয়গীদমক্তদি অৱাব অসি মোল্লব লৈৱাংগী আসন্নি। থোৎলব লৈরাংগী পরেংনি অমসুং হাওৱব ভগবতকী প্রসাদনি মৱম অসি লৈবন কুন্তিন ভগবান কৃষ্ণদ অসুম্ন বৱ নিখি ঃ—

বিপদঃ সন্তু নঃ শশ্বত্তত্র জগদগুরো।
ভবতো দর্শনং যৎস্যাদ পুনর্ভবদর্শনম্॥

হে ভগবান! মতম পুম্বদ অৱাব খুদোংথিব পীনবীয়ু। মতম পুম্বদ নংবু নীংশিংজদ্রুন লৈননব অমসুং নংবু হম্ন হম্ন উজনব।

## ভক্তিবু ফংলবদ অৱাব কৌব লৈত্তরে

মহুবু ফংলবদ মহুদগী হেনব ফংনিঙাই ওইব লৈত্রব— "যম্ লবধা পরম লাভম্" মহুবু ফংলবদি অপাম্ব অমত্তসু লৈত্রে। জীবগী মতম পুম্বদ লোইনব মাব ভক্তিদগী হেনব লল অমত্ত মীরমলেন অমসুং লাইৱমলেন্দ খক লৈতে।

শিবভক্ত উপমন্যুন, বর পীগে লাক্লিব ইন্দ্রদ হায়খি :- "ঐন শংকরজীগী ম্লাথংদগী তুমিৎ-কাং, কৌজেং-হারৌ ওইয়ু হায়রবসূ ওইগনি তৌইগুম্বসুং মরোল অহুমগী মপু ওইব হায়ব নংন পীরিব বর ঐন পামদে।

অশেংব ভক্ত অমন সালোক্য সামীপ্য সারুপ্য নত্রগ কৈবল্য মুক্তি ফাওব পামদে। মরম অসিন ভক্তিন মুক্তিদগীসু হেল্লি। "মুক্ত্যাপি সা দুর্লভা" হায়ব যুক্তি অসি লৈ। ভক্তি নত্তন ভক্তন করিম্ম পামজব লৈতে।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুন শক্লম্মী :—

ন ধনম্ ন জ্ঞানম্ নসুন্দরীম কবিতাম্ ব জগদ্বিশ কাময়ে।
মম জন্মনি জন্মনীশ্বরে ভগবদ্ভক্তিহৈ'তুকী ত্বয়ি॥

লল, জ্ঞান, অমদি ফজবী নুপীশিংগী মপু ওইবম্ম পামভদে। ঐন কাব্য প্রতিভা কবিতা শক্তিসু ফংজনিংদে। সূপ্নগী মপোক মপোক খুদিংদ লেংত্রব ময়েংতাব নাইত্রব মপাল নাইত্রব নংগী প্রেমতবু পীনবীয়ু নিজরি।

## অথোয়ব মিৎয়েং

"ঈসাবাস্যমিদম্ সর্বম্" "ঈসা সর্বভুতেসূ গুঢ় ন প্রকাসতে" ঈশ্বরতন জগৎ অসি শিম্নুংন লৈ। পুম্নমক্ত কোংদোক্তব ঈশ্বর অমন শিম্নুংন লোৎতুন লৈ। অসিনচিংব উপনিষদন তাক্লি। সংসার অসিগী অশেংব অওইব শক্তমদি তোঙাম্নরিব মশক

মওং মমাম ( নামরূপ ) অসি নত্তে। শক মিং ওইন উমিব অসিদি অশেংব উদ্রিব অমসূং খণ্ডদ্রিব, মায়াগী কিজংনুংদ লৈরিব ঙমখৈ নাইব অমসূং মপুং ফাদব মিৎয়েংনি। আত্মাজ্ঞান হেক ফংবদ, মমুন ফারব ঋষিশিংন শকশিংগী জগত অসিদগী লাম্বোকখিঙ্কন "সমতা" ওইব, পুন্নমক্ত অমত্ত ওইব, সমদৃষ্টি অমদি দিব্য চক্ষুন য়েংই। "বিদ্যা বিনয়ন তিল্লব জ্ঞানীশিংন ব্রাহ্মণদ, শনদ শামুদ হুইদ অমসূং চন্দালদসু সমদৃষ্টিন য়েংই চপ মান্নন উই। (গীতা ৫/১৮)

ফোংদোক্কব রহস্য পুন্নমক ভগবান মাগী ভক্তগী মফম-দগী খক লোৎপ ঙমদে। অমসূং মাগী মীনম্ব মায়ান ভক্তবু কুপশিন্দুন শুম্ব খক ঙমদে। মরম অসিন ভক্তন জগত অসিবু য়েক্ক মরুপ মশক মমিং বারি সম্বন্ধ কনা অমত্ত ওইন উদে। বাসুদেব সর্বমিতি" "সর্ব বিষ্ণুময়ং জগত" "সিয়া রামময় সব জগ জানি" "পুন্নমক অসি বাসুদেবত্তনি। জগৎ পুন্নমক অসি শ্রীবিষ্ণুগী মশকনি। জগত অপুম্ব অসি সিতা-রামনি খংগনি" অসিনচিংব একরস ওইব অথোইব মিৎয়েং অসি ভক্তশিংতন ফংই। গীতাদ শ্রীকৃষ্ণন হায়রি:— "ঐবু পুন্নমক্ত উরব, ঐঙোন্দ পুন্নমক উরব, মহাক অদু ঐহোন্দগী থোইদোক্তে অমসুং ঐহাক মঙোন্দগী তোঙান্দে। (৬/৩০) ভক্তশিংতন খংব ঙম্মী মঙ্গদি জগতকী অনু-পরমানু রেনু ত্রসরেনু পুন্নমক্ত প্রেমময় ওইরব, রসরাজ ভগবান শিন্নুংন লৈদুন, জগত কৌব মহারাস অসিবু শান্নরি।

## অথোয়ব মফম (পরম পদ)

অনীংবন লাংওয়ে। "দেবতাশিংবু নীংবন দেবতাশিং ফংই। পিতৃ পুজা ভৌবশিংন পিতরশিং ফংই। ভুৎ-প্রেত নীংবশিংন ভুৎ প্রেত ফংই। ঐগী ভক্তন ঐ মকপু ফংই।" (গীতা ৫/২৫) "পরম সিদ্ধি ওইদুন ঐবু ফংলবদ মহাত্মা-শিংদো অবাবগী লৈনফম ওইব মিকুপ্ত মাংব অশিবগী লৈবাক মৃত্যলোক অসিদ অমুক হন্ন পোক্তরে। ব্রহ্মলোক্তগী হোদুন লোক পুন্নমকপু ফংলুবদি সংসার অসিদ অমুক হল্লকপ ডাক্তনি। ঐবু ফংলবদি পুণর্জন্ম লৈত্রে। (৮ গী ১৫/১৬) অব্যক্ত অক্ষর কৌব পরম গতি হায়ব মদুবু ফংলবদ অমুক হল্লকপ খক লৈত্রব মফম অদু ঐগী অথোয়ব ধামনি (৮/২১)

তোঙান তোঙানব দেবতাশিংবু অরাধনা তৌরিব পুন্নমক অমত্ত ওইব তুংনফম ভগবান হরিগী মফমদ নোংম পুল্লগনি ঃ-

আকাশাৎ পতিতং তোয়ং য়থা গচছতি সাগরম্।
সর্বদেব নমস্কারঃ কেশবং প্রতিগচ্ছতি॥

আকাসতগী তারকপ নোংন (তুরেলশিংন মরম ওইদুন) সমুদ্রদ তিন্নব চৎপ মতো অদুগুম্ন লাই খিবিক্ত খুরুমলিব অসি শ্রীকৃষ্ণগী মফমদ চৎখি।

## শীংথাব ওমদ্রব ভক্তগী মশক

মরৈ লিশীং পানব মকোক লিশীং লোংব অনন্ত মক্রস্থ ভক্তিগী গুনবু শীংথাবদি মতিক ওইদে। ভগবদ গুন শ্রবন

তৌবতদ পরিক্ষিৎন, কীর্তন্দ শুকদেবন, স্মরন্দ প্রহ্লাদন, পাদসেবন্দ লক্ষ্মীন, পুজন্দ- মহারাজ পৃথুন, বন্দন্দ অক্রুরন, দাস্যদ শ্রীহনুমান, সখ্যদ অর্জুন, অমসুং আত্মাসমর্পন্দ রাজা বলিন পরম-পদবু ফংখি। (শ্রীমদ্ভাগবত ৩।৫।২৩) মশা মাপল লোংব, "নববিধা ভক্তি" গী মনুংদ মশা অমমমত ফংবতনসু পরম পদবু ফংলি। মাপলন পুল্লব ভগবতকী পরম ভক্ত, মুখ্য. পরা, অভ্যভিচারিনি, নিস্কাম্য রাগত্মিকা নচিংব িংন কৌনরিব লেংদব সাত্বিক ওইগ্রব সুদ্ধ ভক্তি খিবিক্ল তিল্লব নিংশিংবতদ পাপ খিবিকপু কোক্লনবগী মশক ওইগ্রব মখোয়গী মতিক ভগবান ফাওবন শীংথাব ঙমদে। মরমদি অদুগুম্ব ভক্তশিং অদুগী মগুন শীংথাবদ করিগুম্বদ রাৎহৌদুন শোইখিগদ্র হায়দুন ভগবান ফাওবন কিজৈ।

## ভক্তশিংগী চরন-রজন পৃথিবিগী পাপপু শেংদোকই

মালেম অসিদ লেংথবীরক্লব হায়জরুবদ পতিত পাবপী গঙ্গা মাতান ভাগীরথদ হায়খি "হেরাজন! পৃথিবীদ কৈদৌরৈঙদসু চৎলোই। মরমদি মফম অদুদ মীশিংন ঐঙোন্দ লাক্লুন পাপশিং শুজিল-চামশিল্লগনি। পাপশিং অদু ঐন কদায়দ চামথোক্লগনি; নংন অদু মুম্ব থল্লু" (শ্রীমদ্ভাগবত ৯।৯।৫)

মসিগী পাওখুমদ ভাগীরথন হায়জখি-"হে ইমা লোক পুম্নমকপু শেংহনব ঙমলব, বিষয় পুম্বু ত্যাগ তৌরব শান্ত

স্বরূপ ওইরবা ভক্তশিংনা লাক্লগ নংগী ইচেলদ স্নান তৌরগনি মতম অদুদ মখোয়গী শুদ্ধ মেহন হেক শোকপদ নঙোন্দা লৈরগা পাপ পুন্নমক শেংগনি। মরমদি মখোয়গী থম্মোইদ পাপ খিবিকপু মাংহনবা ঙমলবা ভগবান্না মতম পুম্বদ ঙান্দুনা লৈ। "(শ্রীমদ্ভাগবত ৯। ৯। ৬)

রাজকুমা অসিগী অচুম্ববু খুংনিংদুনা গঙ্গান ভগবান্দা অমুক হংবদা ভগবান্না খুমখিঃ— "জাহ্নবী। পাপীশিংনা নঙোন্দা লুপ্লদা মখোয়গী পাপশিং তদু অশেংবমক নঙোন্দা পীরমগনি। অদুগুম্না পাপশিং অদু ঐগী মন্ত্রবু উপাসনা তৌরিবা ঐগী ভক্তশিংনা নংবু শোকপদ, ঈরুজবদ, অমসুং দর্শন তৌবতদ খুদক্ক মাংবা ওইগনি। সংসারদা হেক লৈরিবা অশেংবা তীর্থ পুন্নমক ঐগী ভক্তশিংগী খুয়াগী উফুল চরন রজ তাহৌবতন পৃথিবীবু পবিত্র ওইহল্লি। অমসুং সম্পুর্ন জগত অমদি তীর্থ পুন্নমক শেংই।"

মদ-ভক্ত পাদরজসা সদ্যঃপূতা বসুন্ধরা।
সদ্য পুতানি তীর্থানি সদ্য পুতং জগত যথা॥

মতম পুম্বদা ঐতবু নীংজদুনা লৈরিবা ভক্তশিংদুবু ঐন থরাইদগীসু হেন্না নুংশিজেঃ—

মামেব নিত্যং ধ্যায়ন্তে তে মত্‌প্রানাধিকাঃপ্রিয়া।

## ভক্তিগী সিদ্ধি

শাণ্ডিল্য ন মাগী সুত্র ১৮,দ ভক্তিগী মপুংফাবগী খুদমাদা অরেপ্পা লৈতন, মরক থন্দবা আত্মানন্দবু অনুভব তৌবনি

হায়রি। নারদনস্থ মাগী ভক্তি সুত্রদ ভক্তিন ফংব সিদ্ধিশিং পীরি -
"যল্লব্ধা পুমান সিদ্ধো ভবতি, অমৃতো ভবতি, তৃপ্তো ভবতি ॥৪॥ ভগবদ্ভক্তি অসিবু ফংলবদ, সিদ্ধ ওইরে। অমৃত শিদব ফংলে। অপেনব ফংলে।

'যৎপ্রাপ্য ন কিঞ্চিদ্বাঞ্ছতি ন দ্বেষ্টি ন রমতে নোৎসাহী ভবতি ॥৫॥ ভগবদ্ভক্তিবু ফংলবদ অপাম্ব অমত্ত লৈত্রে। অরাব অমত্ত লৈত্রে। পামদব অমত্ত লৈত্রে। ইন্দ্রিয়শিংগী ওইব বিষয় সুখদ লুপশিল্লুদ্রে। অমস্তুং তাইবংগী য়াইফ মুঙাইদ পামলুব থক লৈত্রে। "যজ্জ্ঞাত্বা মত্তো ভবতি স্তব্ধো ভবতি আত্মারামো ভবতি ॥৬॥ মাবু থংলবদ দিব্য আনন্দদ ময়াই কারকই। পংথ-রকই (প্রেম সমাধি ওইরকই) অমস্তুং আত্মাগী মুঙাই ইপাক্ত তাওরকই।

## ভক্তগী মনাই

অচোব লাইরেল্লগী থয়াৎত তারব গজেন্দ্রবু অমস্তুং কৌরবকী রাজসভা ময়াইদ দুসাসন ফি মুন্দুন ইকায়ব অমস্তুং অরাব পীরক্লব পঞ্চালিনী দ্রৌপদীগী আর্ত ভক্তিন ভগবানবু থুদক্ত মফম অদুদ চিংথি অমস্তুং মিৎন কুপ্লগী মমুংদ মখোয়গী অরাব থুদক্ত কোকপীখি। ধ্রুবনচিংব অর্থার্থীগী য়াথং ভাক্লব মতম পুম্বদ জঙ্গলদ শেমদুন লৈখি। অমস্তুং শুকদেবগুম্ব জ্ঞানী ভক্তশিং পেমনব হোৎনবদ মিকুপ অমকাত্তব থাদোক্তন ইমখি। জতায়ুগী অরোইব পুংফমদ মনাইবু মতম্বাক্ত পমদুন শমলাং

পুন্নস্থ থাদোক্তুন চোকথব লৈতন মনাইগী পেন্নব সেবা তৌখি। মমিৎ তাংলব বিল্বমঙ্গলবু লৈকু লৈরাই তিংখংনচিংবদগী পোক্ত-নব শমদুন তীর্থ খুদিং পুবিখি। ফত্তবশিংন জঙ্গলদ মখোং মথুৎ পুনশিনবীদুন থম্নব ত্যাগরাজদ অথুম অহাও পুরক্তুন ইনবীরম্বি। অমুক করি হায়গনি ভক্তন খুদুম চনব ভক্তগী মনাইনি হায়বসি জগৎ শিম্মুংন শন্দোকুবগীদমক্ত মনাই ভৃগুন খোংপাক্ল থবাক্ত খনখিব খোংপাক্তী মমি অদুবু ভৃগু চিহ্ন হায়দুন হরিগী লাংওন খুদিংগ পুদুন চৎলি। অঙকপ ভগবদ্ভক্তিগী শক্তিনি। প্রহ্লাদন মৈবু উন ওনহনখি। মীরান লিলবু লৈপরেং অমসুং সুবু অমৃত ওইহনখি। তুলশিদাসন রামচরিত মানস ইবদ য়ৈথাই থিনগাই লৈত্তনব লিরুং তেন পাইরগ শংদুন ঙাকখি। অমসুং জয়দেবনচিংবগী রাখল থোক্তুব অরাৎপ পদবু শ্রীহস্তমক্ল ইদুন মেনশিনবীখি।

শ্রীশংকরাচার্য্য, দত্তাত্রেয়, বামদেব, জড়ভারত, মানসুর, মদালশা যাজ্ঞবল্ক্য, নচিংবন নির্গুন ব্রহ্মসমাধি (Super cosmic conciousness) ফংখি। রামদাস তুলসিদাস, কবিরদাস, সুরদাস হফিজ তুকারাম মাধব রামানুজ মিরা অমদি শ্রীচৈতন্য গৌরাঙ্গন-চিংবন ব্রহ্ম সমাধি (Cosmic consiousness) ফংখি।

ঈশ্বরবু থাজব অমসুং ভগবান্দ ভক্তি প্রেম থম্ব জীবগী তঙাই ফদব অমসুং থাদোক-লেপথোকপ য়াদব অমত্ত ঙাইরব অথোইব মথৌনি। অবিদ্যা অমদি অজ্ঞান জীবদ কুপতুন বিপরিত দৃষ্টী পীদুন অরাববু সুঙাইব অমসুং সুঙাইববু অরাব

ওইন, অহুম্ম অচুম - অরান ওয়ম উহল-খংহল্লি। সংসার অসি অরা অনা থুদোংথিব, অধিদৈবীক অধিভৌতিক অমসুং অধ্যাত্মিক দুখ কোব (ত্রিতাপ) মৈচাক অহুম্ম চাক্তুনা জীববু অরা চৈথেং পীদুন লাক্লরি। নাহেখোলন থল্লব অনাশংনি। রাগ দ্বেষ, অশাওব অকিব কল্লকপ মুংনাংবনচিংবন পুক্লিং (অন্তকরণ) অসি থল্লি। মরম অসিন জ্ঞানীশিংন "সর্বম দুখম্ বিবেকীন" বিচার লৈবশিংগী মকমদ সংসার অসি অরাবগী অরাব ওাক্তনি লৌনৈ। মরম অসিন অরা অনাগী তুংনকম, সংসার অসিগী হৌনশা ওইব পোক্কপ শিব অহল ওইব, অনাব অমদি কায়ন তিম্নবগী মেলা অসিদগী ঐখোয়ন নাম্থোক্তুনা মাংব লৈতব পরম আনন্দ অম পামলবদি; মদুবু ফংহনব ওস্ব অনিশুদ্রব পাম্বৈ অদু মুপ্নগী ভগবদ ভক্তি মথন্তনি। মসি নত্তব অতোপ্প লম্বী নত্রগ অনিশুব পাম্বৈ অমথক লৈতে।

শেল, শক্তি, ফম অমসুং মিংচৎন মীওইবদ অশেংব মুঙাইব পীব থক ওমদে। পৃথিবী অপুম্বগী মপু ওইদুন পুম্নমক্কী মথক্ত তৌনিংবত তৌব ওম্বগী শক্তি পায়রবদস্ন মীওইবন অরাব মুংনাংব অমদি অকিবনচিংবদগী থক নাম্থোকপ ওঁমদে। মুপ্নগী ভগবদ ভক্তি হায়ব মমল নাইদ্রব লল অসি তান্দুন পরম প্রেমগী লম্বীদ ভগবদ সাক্ষাৎকারগী রাজ্যদ চংলব অদুতদ, মীকুপ থুদিংগী মীওইবদ ওৎলমলিব অরাব অকিবনচিংব অসিদগী নাম্থোক্তুনা অশেংব সনাতন ওইব নিত্যসুখ অমদি নিত্যানন্দ ফংব ওম্মী।

ঈশ্বরদি আনন্দ স্বরুপনি, আনন্দময়নি। আনন্দ মুর্ত্তিনি আনন্দ বিগ্রহ অমদি আনন্দ সাগরনি। নিরতিশয়ানন্দনি।

পরমানন্দনি। অনন্ত সুখনি। নিতসুখনি। অমসুং অখন্দ সুখনি।

(আনন্দ বিন্দু উপনিষদ-১)

ভগবানগী মহৌশা ওইব গুনশিং অসি ভগবানবু ফংলব ভগবত সাক্ষাৎকার তৌরব ভক্ত অদুগী মরল ওইরুই। অসিগুম্ব পরম শান্তি অসি অরাব পুম্নমক্তগী তোঙানবনি। মসি ফংলবদ অমুক শুমহৎপ লৈত্রে। কর্ম বন্ধনদগী নাম্বোক্লে। অমর শিদব ফংলে। অরাবগী সংসার মৃত্যুলোক অসিদ অমুক হল্লকপ লৈত্রব মফম অদু য়ৌরে। মতম অদুদ ভক্ত অদুগী পুক্নিং সমত ওইরে। অপাম্ব পোৎ ফংলবসু হরাওব লৈত্রব, পামদব ফংলবসু নুঙাইতব তৌত্রব মতম পুম্বদ দিব্য জ্ঞান ,অমসুং ভাবসমাধিদ লৈচন মরেং তাব লৈত্রব নিত্যানন্দ অমসুং অখন্দানন্দগী রসদ তাওচুন লৈ। দিব্য জ্ঞান অসি হেক ফংবদ অরা অনা কোতি ২ ন মাগী নুঙাইবদ মচি লেংহনব ঙমদ্রে। মরমদি মতম অসিদ ফংলিব নুঙাইব অসি অতীন্দ্রিয় সুখ. ইন্দ্রিগী নুঙাইবদগী লান-শিনখিচুন পরম আনন্দ হায়ব অদুনি। অনি লোংদ্রব অমসুং লেংদ্রব অনন্য নত্রগ রাগাত্মিকা নত্রগ অহৈতুকি নত্রগ পরা ভক্তিন নিষ্কাম্য ওইন ঈশ্বরদ থাকচব লৈতন আত্মাসমপন তৌরব ভক্ত অদুগী খুদোংথিব লাকপ পুম্ব ঈশ্বরন ঙাকথোক-পী অমসুং মাবু য়ৌরক্লবগী বিবেক পীবি। অমসুং মাগী অশেংব থৌজালগী জ্ঞান গুন অহুম (পোকপ শিব অহল ওইব) লাম্বোকতুন শিদম্বাই অমৃত পান তৌহল্লি। ভগবানগ অমত্ত ওইব পদবু ফংই।

ভক্তিন থমোইবু শেংহল্লি। কল্লকপ য়েক্লব হঙোইব অপাম্ব অশাওব, নাপলনচিংব মুংদ লোত্ন লৈরঘ শাগী ওইব গুনশিংবু

চিংথোক্তন মাংহল্লি। মসিন হয়াওব দিব্য প্রেমদ ময়াই কাদুন জগোই শাই। আনন্দদ ওাওব শান্তিগী পংথব; অমসুং জ্ঞানগী চোইয়োল লোন্দুন দিব্যামৃত থকপগী ময়াইন অকি অখং অরা-অনা, সুংনাং-খোইশাওব, চিন্তানচিংব পুক্লিং অমসুং হক-চাংগী অওৎ অনৈ পুম্বদগী লাম্থোক্তন সমাধি ওইহল্লি। পোকপ শিব সংসারগী চক্রন চংব ঙমদে। মসিবু হেক থকপদ অমৃত শিদব ওই।

ভক্তিরেব গরীয়সী ভক্তিরেব গরীয়সী।

ভক্তিতন অহেনবনি, ভক্তিতন অহেনবনি।



# চণ্ডিগী বাক্সী

## মহাকালী

দেবী মহাত্মা মার্কণ্ডেয় পুরানগী মমুংদ শরুক অম ওইন য়াওব দেবীগী বারীনি। মপা লৈতন ফজরব বাহৈশিংদ মরিক চুম্নব চংখোল্লব সাহিত্যদ, নিংথিরব ইতিহাস অম ওইন য়েকপ দেবীগী বর্ণননী। ফজরব সংস্কৃত শ্লোক ৭০০ ন মপুং ফাহনবগী-দমক্ত মসিবু দুর্গা সপ্তসতী হায়নম্ন কৌই।

কুইরব মমাংগী বানি। স্বারোচিষ মনন্তরদ ভগবান শ্রীরাম-চন্দ্রন লাংওল্লগদব সুর্যবংশদ'সুরথ কৌব নিংথৌ অম মালেম অপুম্বগী মপু ওইদুন লাইনিংথৌ সোরারেলগুম্ন পাল্লম্মী। কোলাবিধংসী হায়ব মপাঙ্গল কল্লব ক্ষেত্রি কাংলুপ অমগ লান্থেংনবদ, তাইওম্নরব লাইবক্লি, নোংদম থীন মাইথিরদুন নিংথৌ সুরথ পৃথিবীগী সাসন মখুত্তগী নান্থোকখিদুন থম্মোই মৈশা লাংন মরৈবাক্ত হল্লকখি। নিংথৌগী অশোনব তাঙ্গা উবদ খুদোংচাব ভাইরম্ন ফত্রব মন্ত্রিশিংন লৌতুনদুন সিংহাসন্দগী নিংথৌবু তান্থোক্লম্মী। বারবদা তেংবাং কংদ্রব মরাইবক থিরব নিংথৌন শগোল তোংদুন কোম্নুং থাদোকখি। ওমচারুরব থম্মোই লৈতাদ্রব পুক্লিং পুদুন লাক্লব নিংথৌ সুরথ মেধা মুনিগী আশ্রমদ আশ্রয় লৌদুন লৈরম্মী।

সমাধি কৌব বৈশ্য অমসু আশ্রমদ চংজদুন চিন্তাগ লোয়নন লৈরম্ন উবদ নিংথৌন মাগী চিন্তাগী মরম হংলকখি।

সমাধি বৈশ্যন নোল্লক্র নিংথৌগী মফমদ মাগী পরিচয়গ লোই-নন মরম তাক্লকখি। ঐহাক ইনাক খুল্লব শাগৈ অমদ পোকচব বৈশ্য অমনি। ঐগী মিংন সমাধি কৌজৈ। ঐগী মবুক শেংত্রবী নুপী অমসুং ললগী মীহৌবন মপাবু হাৎপ পাম্লব ইচাশিংন ঐবু য়ুমদগী তাম্থোরকখি।

নিংথৌ অমসুং বৈশ্য অনিন মখুবাক্তগী নাম্থোক্তুন মীখুৎ চনগ্রব মরৈবাক, সম্পতি, মরল-মথুম অমসুং কত্রব মন্ত্রি অমদি য়েক্লবী ওইখ্রবী নুপী মিহৌচাওরব মচানচিংবশিং অদুবু কাম্লব্রে খল্লোই কৌবদ ঙমদে। কাওরগে কৌবদ য়াদে। অসুম্ন পুক্লীংদ চিন্তাগী লৈচিন্ন হেন্ন হেন্ন শন্দোরক্লম্মী রাথলগী লংলা-লংজিন পুনগ্রব অনিন মেধা মুনিগী চরন্দ চংজতুন, রারব পুক্লিংগী পোৎথাফম নিজরম্মী। মাগী ওইদ্রব বিষয়বু খন্দব ঙমদ্রব খল্লরগ রারোই কৌবদ ঙমহন্দ্রিব অঙকপ মহামায়াগী শক্তি, অমদি আশক্তিনচিংবগী অরাবদগী কোক্লবগীদমক্ত মখোয় অনিগী মফমদ মেধা ঋষিন জগজননী ভগবতি মহাশক্তি, মহামায়া দুর্গা দেবীগী অথপ্প রারি অসি লীবিখি।

মেধা মুনিন নিংথৌ সুরথ অমসুং বৈশ্য সমাধি য়েংজতুন হায়খি। তশেংবদি, জগদম্বা দেবী অসি নিত্যস্বরুপ ওইবী শক্লাই-দবী ফোংদোক্তবীনি। অদুম ওইনমক দেবতাশিংগী থবক পাং-থোকতুন জগত কল্যানগীদমক্ত শিংথাব ঙমদ্রব শক্লোন পুবী ইমান শক্তি ফোংদোকতুন লিলা শান্নে।

কল্পগী অরোইবদ জগত অপুম্বসি একার্ণবদ লুপ্তুন লৈরম্মী। ব্রহ্মান্দ কোতিগী নায়ক ওইব বিষ্ণুন শেষনাগকী

সয্যাদ তিংথোক্নন য়োগনিদ্রাগী আশ্রয় লৌদ্রুন য়াতারম্মী। মতম অসিদ হরিগী নাকোংদগী অকিব ফংলব মধু অমসুং কৈতভ হায়ব হিংচাব অনিথক থোক্লকখি। মথোয় অনিন ভগবানগী খোইদৌ থম্বালদ কাইদোংলিব ব্রহ্মাবু উবদ চাথোক্লব থৌরাংলক্লে। কিবন খাঙমত্রব ব্রহ্মান তুম্লিব হরিবু য়াকাইনবগীদমক্ত হরিগী নেত্রদ লৈরিবী তাইবং পুম্ববু শুম্লিবী যোগনিদ্রা দেবীবু স্তুতি তৌদুন য়াকাইরোল শক্নন হৌদোরকখি। হরিন য়াকাইরকপদ কিরব ব্রহ্মাবু চাননব হোৎনরমলিব তমথিরব মধু অমসুং কৈতভ অনিগ চহি লিশিং মঙা চুপ্প লাম্নেংনখি। বিষ্ণুন মহামায়া থাজিন্দুন হিং-চাব অনি অদু শুমহৎলম্মী। শুমহৎলব হিংচাব অনিন বিষ্ণুদ হায়-রকই:— "ঐখোয় অনিন নংগী নপাঙ্গল নথৌনা অসি উবদ পেল্লে। নংন পাম্ব বর নিযু পীগে"। ভগবান বিষ্ণুন — "নখোয় অনিন ঐঙোন্দ চানবীরবদি অতৈ বর নিজরোই। নখোয় অনি ঐগী খুত্ত শিরো" মসিমক্তং নিগে। মহামায়ান শুম্লব নমথাক চারব হিং-চাব অনিগী মমিত্ত জগত অসি ঈশিংঙাক্ত ওইন উরম্মী। মখোয়ন হায়রকই "ফরে নংন ঐখোয়বু হাৎকে হায়রবদি ঈশিং লৈতব লৈকংদ হাৎলু। হরিন তথাস্তু! মদুমক ওইরসনু হায়দুন ভগবানগী ফৈগলথক্ত হিংচাব অনি অসিগী মকোক চিংশিল্লগ চক্রন কক্নন হাৎখি। মতৌ অসুম মহামায়াগী মতেংন শ্রীহরিন তমথিন অকিব ফংলব মধু অমসুং কৈতভ হাৎতুন ব্রহ্মাবু কনবীখি।

## মহালক্ষ্মী

মমাংদৈঙদ দেবতাশিংগ লাইয়ামগ চহিচামচুপ্প লাম্নেংনবদ হিংচাবগী নিংথৌ মহিষাসুরন লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রবু তাম্থোক্লগ

সিংহাসন ফমখ্রে। মাইথিরব লাইশিংন চত্তুন ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমস্থং শিবগী মফমদ "লাইগী মথৌ পুন্নমক হিংজাবন লোইন মুনগ্রে" হায়ব ৰায়ম লিদ্ধুন ঙাকপীনব নিজরম্মী। অদু তাবদ হিংজা-বশিংগী নিয়ম চুমদব অত্যাচারদ শাওরব শ্রীবিষ্ণুগী মুখদগী অংকপ মঙাল অম থোরকখি। মতৌ অস্থম ব্রহ্মা শিব ইন্দ্রন-চিংব হেক লৈরিব দেবতা খুদিংমক্কুগীস্থ মঙাল অমমম্ থোরক-তুন বিষ্ণুগী মঙাল অদুদ পুনশিনখি। মঙাংগী মপৈ অদুন অঙকপ্ রুপী অমগী মুর্ত্তি ওইরকখি। ভগবান মহাদেবদগী থোরকপ তেজ অদুন দেবী অদুগী মাইথোং ওইখি। যমরাজদগী থোরকপ মঙালন কোক, বিষ্ণুগী তেজন পাম্বোমশিং চন্দ্রমাগী তেজন থবাক, ইন্দ্রগী তেজন খ্বাং, বরুণগী তেজদগী কৈফগল, পৃথিবীগী তেজদগী নিংথু, ব্রহ্মাগী তেজন চরন, সুমিৎকী তেজন খুদোলশিং, কুবেরদগী নাতোন, প্রজাপতীগী মঙালদগী য়াগী পরেং মৈগী তেজদগী মিৎ, সন্ধ্যাগী তেজদগী পীশুম, সুংশিৎকী তেজদগী নাকোং, মতৌ অস্থম দেবতা খিবিকী তেজ-গী মপৈদগী শক্তি স্বরূপিনি দেবী পোকখি।

মহাশক্তি দেবীন ফোংদোরক্লবদ ভগবান শংকরন দেবীদ মাগী ত্রিশুল শন্নরে। বিষ্ণুন চক্র পীরে। বরুণন মোইবুং, অগ্নিন শক্তি, প্ৰাংশুন লিরুং, ইন্দ্রন ব্রজ, যমরাজন কালদণ্ড, প্রজা-পতিন স্ফটিকামালা ব্রহ্মান কমণ্ডলু পীরম্মী। সুমিৎন দেবীগী তুখোং খুদংদ তেজ পীরম্মী। কালন থাংশাং অমস্থং ক্ষীরসমুদ্রন কিজোল অস্থম দেবতা খুদিংন মাগী মাগী খুৎলাই অমস্থং

শক্তিশিং দেবীদ খুদোল তৌখি। মত্তুগী মতুংদ দেবতা পুম্ন· মক্কী শক্তিগী মপৈ ওইবী দেবীন মহিষাসুরগ লানগী চৌবর শাগ্গনথগীদমক্ত লানথুংদ লেংথোরক্লে।

হিংজাব পুম্নমকসু মাগী মাগী মতিক চাব খুৎলাই পায়নদুন দেবীগ লাম্থেংনবগীদমক্ত থোরক্লে। পাম্বোম লিশীং লিশীংদ খুৎলাই লিশীং লিশীংন লৈতেংবী দেবীন মহিষা· সুরগী সেনাপতি চিক্ষুর হিংজার কল্ল কল্লব অথোইব হিংজাবশিং উদগ্র রথি লিশীং অমগ লোইনন, মহাহনু রথি করোর অমগ লোইনন, বাস্কল রথি লক্ষা নিপালগ লোইনন. পরিবারিত কৌব হিংজাবন শগোল শামু তোংব রথি করোর অমগ লোয়নন বিদল কৌব হিংজাবন রথি করোর মঙাগ লোইনন মসিদ নত্তব হিংজাব সেনাপতি লিশীং লিশীংগ লাম্থেংনখি। শক্লোন কোত্তি পুবী শক্তি পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবী মহা- লক্ষ্মীন মাগী শদোং নোংশাগ লোয়নন হিংজাবশিং অত্তু মথং মথং নৈথেক্তুন মিকুপ খরগী মমুংদ মাংহন্দুন উৎপুং ওইন মাংহনখি।

মতম অসিদ থোইদোক্ল মৈ হৌন শাওরব মহিষাসুরন দেবীগী মথক্ত মায়া তৌদুন অকিব ফংন· সুং চীংন চিংব লংশিন্দুন লান্দারকখি। দেবীন থৌরী লংদুন মাবু পুল্লখী। খুদক্ত মহিষাসুর ইরোইগী শক্তম থাদোকতুন নোংশা ওল্লগ চোংশিল্লকখি। দেবীন মঙক কক্কে তৌবদ মী অমুক ওল্লকখি। মথংদ অমুক অচৌব শামু ওন্দুন দেবী ভম্ন চেনশিল্লকখি।

দেবীন থিন্দন শাম্বুগী মনাতোন ককাখি। মতম অদুদ অমুক হান্নগী ইরোই ওন্দুন থোরক্লে। দেবীন চোংশিন্দুন খোংপাকু নেৎলগ ত্রিশুলন থিল্লম্মী, মহিষাসুর মদুদ খাংব ঙমত্রদুন ইরোইগী হকচাংদগী হিংজাব ওন্দুন হকচাং ভংখাই অম লিৎথোরকপদ দেবীন অচৌব থাংশাংন মঙক ককতুন হাংখি। মদু উবদ দেবতাশিং অমাদি মহার্ষি খিখিক্র জয় ওইরবী দেবীবু নন্দন বনগী লৈরাং চাইথদুন স্তুতি তৌখি। ভদ্রাকলি দেবীন দেবতা-শিংবু বর পীরমলগ মখোয়গী অমুক দরকার লাকত্রিকাওব শক্তম লোত্তুন জগন্মার্তান জগত পালন্দ চংশিনখি।

## মহাসরস্বতী

থাইন শুম্ভ অমসুং নিশুম্ভ হিংজাব মচিন মনাওন পাঙ্গলন ময়াই কারদুন শচিপতি ইন্দ্রগী মখুত্তগী মরোল অহুম মুন্দুন লাইশিংগী অধিকার লৈহন্দন ওৎনৈদুন সর্গদগী তান্থোক্লম্মী মাইথিরব লাইশিংন রাজ্যভ্রষ্ট অমসুং অধিকারহীন ওইদুন মীওইবগুম্ব পৃথিবীদ কোইচৎ চৎতুন লৈরে। লাই পুম্নমব পুনশিন্দুন হিমালয়দ চৎতুন ভগবতি বিষ্ণুমায়াবু স্তুতি তৌদুন অবাহন তৌরম্মী:- মহাদেবী, শিবা ভদ্রা, জগদম্বা, রৌদ্রা, নিত্যা গৌরি, ধাত্রী, জ্যোতস্নাময়, চন্দ্রা সুখস্বরুপা কল্যানি, নৈঋতী ভবানী রাজলক্ষ্মী, দুর্গা দুর্গপরা, সারা, সর্বকারিনী খ্যাতি, কৃষ্ণা, ধুম্রাদেবী, কৃতি, বিষ্ণুমায়া, চেতনা, বুদ্ধি নিদ্রা, ক্ষুধা, ছায় শক্তি, তৃষ্ণা, ক্ষমা, জাতি, লজ্জা, শান্তি, শ্রদ্ধা কান্তি, লক্ষ্মী, বৃত্তি; স্মৃতি, দয়া, তুষ্টী, মাতা, ভ্রান্তি, জিবশিংগী ইন্দ্রিশিংদ অধি

ছাত্রী দেবী ওইন লৈরিব, চৈতন্যগী মওংদ ভগত শিন্থ্রন লৈরিব নহাকপু হয় হয় খুরুমজরি।

মতম অসিদ দেবীন গঙ্গাস্নান ভোব লেংথোরকপদ লাইশিংন মাবু স্তুতি তৌরম্ব থেংনখি অমসুং শুম্ভনিশুম্ভগী অত্যাচারদগী কনবীনমব হায়জরমবশিং তারে। মতমসিদ পার্বতীগী হকচাংদগী অম্বিকা চোংথোরকখি। মাবু কৌশিকী হায়ন কৌখি। কৌশিকী থোকখিবদ দেবীগী কুচু ঙাংশং ঙাংখি মহুবু হিমালয়দ লৈবী কালিকা দেবী হায়ন ফাওখি।

শুম্ভ নিশুম্ভগী মনাই চন্দ-মুণ্ডন, ঙক্ক ফজরবী দেবীবু উরুবদ শুম্ভাংন ফজরব দেবীগী মহিমা হিংজাব নিংথৌদ পাওদমন্মী। মদু তাবদ মীহৌরব শুম্ভনিশুম্ভন মহাদৈত্য সুগ্রীববু দুত ওইন দেবীবু লৈশি লৈথোন্দুন অমদি থেমদুন পুরক্কব থারম্মী। "মরোল অহুমগী মী লাই পুম্নমক্কী নিংথৌরেল ওইন ফম্বাল তোংলিব মহাপরক্রামী নিশুম্ভগী সেবা তৌজহৌ নত্রবদি হে সুপীমচা নহাক ঙাকপিনিঙাই লৈত্রবী ওইগনি" অসুম্ন মথল মথা অয়াম্ব নীতিনদেবীবু থেম্মী।

দেবীন দুত্ত হায়খি — "মরোল পুম্নমক্কী নিংথৌরেল ওইব মাবু ঙম্বিনিঙাই লৈতব, শুম্ভ-নিশুম্ভগী সেবা ফংজো তাকপীব ঐগীদি ইরাইবক ফবনি অদুবু ঐন অপংবী ওইবন তুং-ঙাং ইখল খলহৌব তৌদন রাশক অম থমলুরে। "ঐবু লান্দা জয় তৌদুন ঐগী নাপল থুদেকপীব, ঙম্ব ঐগ পাঙ্গল মায়ব মহাক অদুতবু ঐগী ইপুরোইব ওইগনি।" মরম অসিন

নহাক চৎলো শুম্ভ-নিশুম্ভদ থেংথব তৌদন ঐবু জয় তৌদ্রুন পানিগ্রহন তৌবিয়ো তস্নীয়ু।

তুৎন হনখিত্রুন তমলুরবদ দৈত্যরাজন দৈত্য সেনাপতি ধুম্রলোচনবু লাস্মী লিশীং নিপালগ লোইনন, দেবীবু নমত্রুন মশম লাকতুন চিংত্রুন পুরকউ হায়ন থারম্মী। দেবী হুঁকারন শব্দন কাম্বদ ধুম্রলোচন মাগী সেনাগ লোইনন উৎকী মপৈ ওইন তুমখরে। মথংদ চন্দ মুন্দবু অচৌব সেনাগ লোইনন থাবদ মতুস্থ দেবীন অথাকপ লৈতন হাৎখরে। দেবীন কালিগী শক্লোন পুথোকতুন চন্দ মুন্দগী মগুক ককতুন চণ্ডিকাগী মফমদ পুরকতুন খুদোল তৌখি মতুগীমমক্ত কালিবু চমুণ্ডা হায়ব কোলোইন ফাওখি।

মথংদ থোইদোক্ল শাওরব শুম্ভন হিংজাবগী উদায়ুধ কৌব দৈত্য সেনাপতি — লানগীদমক্ত থোরাং তৌরে। কম্বু কৌব হিংজাবগী চৌরাসি সেনাপতি মখোয়গী তেঙ্গোলশিংগ লোইনন থোরাং তৌরে। কোটিবীর শাগৈগী সেনাপতি য়াংথৈ অমস্তং ধোম্রকুলগী সেনাপতিশিং লানগী শেম শাখরে। কালকে, দৌর্হৃদ মোষ্য অমশুং কালকেয় হিংজাবশিংস্থ লানগীদমক শেম শাত্রুন লৈরে। পুম্নমক অসিগ লোইনন শুম্ভ লানগী যাত্রা থোরাং তৌরে।

অশোমদ দেবীগী মতেং পাংননব লাই পুম্নমক মাগী মাগী শক্তি-দগী দেবী অমমম চোংথোকতুন লানফমদ ভিস্লরে। বিষ্ণুদগী বৈষ্ণবী, চক্রগ লোইনন, ব্রহ্মাদগী ব্রহ্মানী, কমগুলু পায়ত্রুন,

মহাদেবদগী মহাদেবী ত্রিশূল পায়দুন, কার্তিকেয়দগী জগদম্বা অসুর লাই পুম্নমক্তগী শক্তিন মাগী মাগী শরোং অমদি স্বরূপক লোইনন দেবীগী মনাক্ত পুল্লরে। দেবীগী দেহদগী উগ্র-চন্দিকাগী শক্তি থোরক্লে, মতাং অসিদ মহাদেববু দূত ওইনদুন থাখি হায়বগীদমক্ত দেবীবু শিবদূতী হায়ন কাওখি।

জগন্মাতাশিংন মথল মথাগী অয়াম্ব খুৎলাই পায়দুন হিং জাবগী সেনাপতিশিং অমদি লান্মীশিং তকথাইদুন হাৎলক্লবা রক্তবীজ কৌব মহাদৈত্য চোংথোকতুন মায়া তৌদুন দেবীশিংগ লাম্থেংনরক্লে। দেবীন থাংন হেক ককপদ রক্তবীজগী মশাদগী লৈমাইদ তাগ্রিব ঈ মরিক থুদিংমক্তগী রক্তবীজগ চপ মান্নং কনব রক্তবীজ অমমম চোংথোরকখি! রক্তবীজ ময়াম অদু অমুক ককপদ রক্তবীজ লিশীং লিশীং চোংথোরকতুন দেবীশিং তঙ হোৎচল্লকখি। রক্তবীজ করোর করোরন লানবুং পুংথন থনখ্রে দেবতাশিং অমদি মাতৃগনশিংন মিপাই থাবাইনরবদ চন্দিকা দেবী থাংন, গদান, ত্রিশূলন, রক্তবীজ ময়াম অদু নোংখাংগুম থুন চোংশিন চোংশিন্দুন হাৎলম্মী। ঈন লৈবাক তাব নংঙ্গ্রিডৈ থুদক্ত কালিন অকিব ফংলবী শক্লোন পুথোকতুন ঈ পুম্নমব ঈরিক অমফাওব চোইথোকহন্দন লোইন লোইন থকতোক্লম্মী মতৌ অসুর রক্তবীজশিং লোইশিনখি। ঈ থকউবদগী ময়াই কারবী দেবীশিংন লানফমগী ময়াইদ নোকতুন জগোই শানখি

মাগী অকনব হিংজাব থিবিক লোইপ্রবদ শুম্ভ-নিশুম্ভ অনি দেবীগী মথক্ত অঙব শক্তি ফুদোকতুন চোংশিল্লকখি

দেবীন নীঙাইব নৈতন নিশুম্ভগী মথবাক খজিন্দ তান খিল্লম্মী অতুদগী নিশুম্ভ পাঙ্গল চাওরব মুপা অম ওন্দুন চোংখো-ম্বকখি। খুদক্ক দেবীন মহুবু খাংশাংন মঙক ককতুন লৈমাইদ খাদখি। অতুদগী দেবীন কৌমারী শক্তি পুথোকতুন ব্রহ্মনী; মাহেশ্বরী বৈষ্ণবী, ঐন্দ্রী কামী শিবদূতীমচিংবী দেবীশিংগ লোইনন হিংজাবগী তেঙ্গোল নৈখাই-তকখাইরক্লে।

খৱাইগ মাম্নন মুংশিরব মনাও নিশুম্ভন শিগ্রবদ শুম্ভন দেবীদ হায়খি—হে ক্ষত্রবী দুর্গে। মুপী ময়ামগী মতেং লৌগনু, হৌজিক ঐ ইথন্ত ঙাইরে নত্তিক লৈরবদি নংমু নথম্ভগ থেংনসি।

মহু তাবদ দেবীন ব্রহ্মানীনচিংবী শক্লোন পুম্নমক চিংশিন্দুন অম্বিকা মথন্ত লেপলে অমসুং লাইয়াম খিবিকী মাংদ শুম্ভগ লোইনন অকিব ফংলব মহাযুদ্ধ তৌখি। মমৈদ দেবীন শুম্ভবু মথবাক্ত ত্রিশূলন লেংদুন হাৎখি। শিরমদাইদ পৃথিবী নিকপমখৈ শব্দগ লোইনন উৎপাৎ তৌরম্লগ শুম্ভ মথৱাই মুৎতুন লোইশিনখি। মহাদৈত্য শুম্ভ শিরবদ দেবতা খিবিরু হরাওন দেবীবু স্তুতি তৌদুন মত্তিক মগুন শকখি। অমসুং দেবীন দেবতাশিংদ বরদান পীরীখি।

রহস্যন তিল্লব, মহাত্মাগ লোইনরুর দেবী ইতিহাস অসি মেধা মুনিগী মক্কমদগী মপুং ফান তারবদ মেধা মুনিগী য়াথং মতুংইন নিংথৌ সুরথ অমসুং বৈশ্য সমাধি অনিন তুরেলগী তোরবান্দ দেবীগী মূর্ত্তি লিংখৎতুন নিয়ম কাইদন দেবী পূজা তৌখি। জগদম্বান পেনবিরদুন মখোয়গী মকমদ গৌরিগী

থোইদোক্ল থৌজালগী মশক ওইরব শক্তম ফোংদোকপী-রকখি। অমস্তুং ভক্তগী অনীংব পীনহৈবী জগন্মাতান অপান্ব বর নিজনব ঙাকপীখি। লাইবক ফরব নিংথৌন ইমাগী মফমদ মাংপ্রব মরৈবাক হঙজগে নিজখি। অদুগ সমাধি কৌব বৈশ্যদি মাগী পুক্লিংথু সংসারদগী বিরক্ত ওইদুন নিবৃত্তি মার্গদ চৎতুন মোক্ষগী জ্ঞান পামদুন, মোক্ষগী জ্ঞান্তবু জগজননী দেবীদ নিজখি। মথোয় অনিগী অপান্ব বর পীরমলগ ে া অন্তরধ্যান ওইখি। নিংথৌ সুরথ দেবীগী বরদগী মীখুৎ চন-প্রব মরৈবাক হঙন্দুন হান্নগুম্ব নিংথৌরেল ওইখি। অমস্তুং মথংগী মপোক্ত সাবর্নিক মনু হায়ন ফাওখি। অমস্তুং সমাধি বৈশ্যন অমত্ত ঙাইরব, জীবগী পান্নফম অথোইব মোক্ষবু ফংখি।

জগন্মাতাগী জয়।

ইমাগী থৌজালগ লোইনরব মিৎয়েংন ঐখোয় খুদিংগী থক্ত ভাব ...




ওঁ

... সৎ সর্বম্

লোইরব।

